# স্না-য়াথং




জিঃ সিঃ তোংব্রা

যামিণী স্নুন্দর গোল্ড মেদালিষ্ঠ;

হেড ওফ মনিপুরী ডিপার্টমেন্ট, ইম্ফাল কোলেজ।

# লীলা মীকোক

| | | | চহি |
|---|---|---|---|
| ১) | মহেন্দ্র সিংহ— | মিনিকোই ঈশংকি নিংথৌ | ৬০ |
| ২) | লূপা স্না— | মজাইবেম্মা | ৩০ |
| ৩) | মমৈ— | মনাই পাম্বোম | ৪০ |
| ৪) | অমুথোয়— | মনাই থুম্বোম | ৩৪ |
| ৫) | দময়ন্তী— | মমৈ' মচন, মজাইবেম্মগী লোয়নবী | ৩২ |
| ৬) | চাউভোন— | লোমী ( ময়াং অমম্নু শাবা ম্নাই ) | ৪০ |
| ৭) | সাবিত্রী— | মচন | ২৪ |
| ৮) | কুমার— | লুংশিনব লোমী | ২৫ |
| ৯) | নং ২— | ময়াং | ৪১ |
| ১০) | বুদ্ধি | সেনাপতি | |



# সা-স্নাপং

—•—

## ১ব উৗপ

অমুক অঙনবা, মিনিকোই ঈথংকি সমুদ্র তোর্ব্বান্দা সারী শেংপি, সনগ্রাস উপ্পি মজাইবেম্মা লুপা, হায়রপ মাল্লন কেরবী মনাই দময়ন্তীগা মারী শাতুন হঙ্গং হন্দা চংলি। অরাপ্পদ মশক্তি উনদন অমুথোয় অমদি মমৈনা লুপা ইন হুন্দুন ডা ফারি।

লুপা— নিংথম থাদনা নিংথম্মিবা কালেন্দনা শারিবা করি লৈবাক্কো খঙদে ঐখোয়সি।

দময়ন্তী—চহি ৩০ চঙলক্লবা ফাওবা মিনিকোই ঈথংকি অচীক অশাসি হৈনবিদ্রিবাও মজা ইবেম্মা ?

লুপা— ঐন লৈবাকসিদ চাননা লৈগে খন্দবনরা করিনো খঙদে দময়ন্তী। চহিদি ফনা য়াম্মে. অতুবু থব্রাইন তাব অচীক অশা: ওলহনব ডম্বা অমত্তু থেংনদ্রি হায়ব য়াই।

দম— নিংথৌ মচা ফজরব লৈ হায়ন তানবা লক্ষাদ্বীপ, আমীনদ্বীপ্তা মজা ইবেম্মবু য়ুম পানবিগে থনব্রাও ?

লুপা— মীনদি হায়রদনা হেক লৈরুব য়াব্রনে ? মথোয়হন্দসু ঐখোয়সিদগ অম্মানি হায় অচীক অশাদি, শক ফজব য়েঙ্গাং হাউহনব ডম্বা মীতাবু পংপোক পোক্লমনি থাজদে অহুব্রাইদসু। ফজব পামখ্রেদা থব্রাইনদি, অথীবদ য়ুম পান্দৌশরুক মীন নোরুগে হায়বমথৈ নোরুজসমু চহি ৪০ ফাওব থাংখিনি।

দম — হাকুম্না করিনো নিংথৌমচা খর্ পাবুংদ হায়ব লাকই তাথিবহ্ন মশক ফজব, য়েংব মুংঙাইব ইয়াও য়াওব্রনে মজা ইবেম্মা।

মুপা— অয়াম্ব মশক থী, সেবা তৌবদ তল্লোইদব অমত্ত য়াওদেবো মখোয়হ্ন কয়াম্ন চাওখৎপ মান্দে, চাক য়াম্ন চায়, কুইন তৃম্মি। ঐন আশা তৌরিবদি ভারত্তগি নিংথৌ মচা মশকম্ন ফজব, মহৈস্ন হৈবা, মরৈবাকস্ন মুংঙাইবজাৎ···খঙদেনে ঐবু ঙাইহ্নদ স্নম লৈব তারব্রা? তনখ্রেদা মুপী ওইবগি মপোক, কোয়ন চৎতুন থিব য়াদবা!

দম — চহি ৩০ হেল্লে, ঙাইব হাকমল্লে, খর ফব অম থিবনা চুম্মেদা ইবেম্মা। নত্তে ইবেম্মনা মুম পান্দ্রিমথৈদি চহি ৩২/৩৩ শুম্নব ননাই ঐস্ন বগল লৌব য়াদ্রিবা।

মুপা— নংগিবু নখুৎ চাব নিপা লৈরব্রনহায়? মশক তাকউ কনানো?

দম — চহি ৩০ ফাওবদি ননাই ঐ মহৈ হৈব, মরল্ লৈব, মশকস্ন ফজব খঙ্গরম্মি, চহি ৩২ লাল্লকপসিদদি মুংশা থীব অম য়াওরে, লৌগেদবু হায়ররবদি ফব খঙদে ফত্তব খঙদে হেক্ত মত্তুং ইঙ্গরগে হায়ন ইবুক চপ লেপচরে।

মুপা — শাওগম্ন, খর ফব অম হায়নহ্ননা থম্ম, পংকুই কুইররোই ঐস্ন, অহুদৈ_নংস্ন য়ারেদনা?

দম— হঙ্গোইদনা হায়জরবদ ননাই ঐগ ম্না লোইনহ্নন খমজব

মথং মথং ১১ শুরবনে, ঙাইব ম্নাহুনা লোইন ময়ুম পানখ্রে। হুজিক্কি কনামতা লৈজত্তে, অদুবু ঐখোয় ইবেম্মনাওসিগুম্ব চেনবিরব নত্রগা লুহোংবিরব, হয়েংগুম্বচ্ নদাই ঐ তুং ইঙ্গরক্রে।

লুপা— কনাগি মতুং ইন্দোরিব লৈতে হায়রগ ?

দম— নহা খঙদে হমুব খঙদে অফংবা অমগি, লাইবক্ত তস্বা।

লু— ম্নারমু দময়ন্তী অচানবী, ঐ ঙরাং মঙ, ঋান মুংঙাইখ্রবা অমা মঙিঙ।

দম— ভারত্তগি করম্ব মতীক মগুণ লৈব নিংথৌমচা মশক মতৌ ম্নাংতব লেংলক্লম্বগে ? নোংঙাল্লমদাইদ মঙব মঙ ওইরব্রা ?

লু— নীঙজমনগি মহৈ ওইনা তাইবং মপুনা চানবিরকপা মঙ ওইব তায়। নং কনাদম্ভু হায়দোকপা য়াদে।

দম— মঙদ উবহুদি ফজরিনিদকো মজাইবেম্মা কনামঙদা তাক-থোকচরোই, লৌবিরো মঙলান অদো, থৌরাংন ঙায়জরে তাজনিংবনা।

লু— ঐখোয় ময়াম ঙা ফাব চৎমিম্নে, কম্নিদগিনো কাউরে, ইথন্দা তোঙাম্ন তোর্ব্বান অমদা ইন চিংলম্মি।

দম – হোৌনবনি মজা ইবেম্মা, মুংশি মুংওনগি মুংশিং অঙাও-বতুন হায়রপ ৈয়খ্রবদি তোঙাম্ন তানিংবনি।

লু— ইথন্দ ঈন চিংব মতমদ অঙকপ মচুগি ফজখ্রব ঙাজাও অম ফারে। ঙাত্থ ঐনা কংফান্দ হুনগৎপ মতমদ ফজখ্রব

পাখংড লাইওই মীওইন তৌব অম ওল্লে। মহুগি নিপাহু ভারতত্তগিরা নত্রগ সমুদ্রগি নিংথৌমচারা অমদি শোয়েদ্রে।

দম— লাইপাখংডহু খোংগ্রাও হকচাংদ তপ নপ্পি শৃৎ নানবজাৎ উপগ্রা ?

লু— মচু লংখ্রব ফজখ্রব হকচাংদ তপ নপ্পি ফুরিংস্থ খোংগ্রাওস্থ করিনো মওং মতৌনা ফজখ্রিবা !

দম— ঐ থংডেও শোইদ্রে, মজাইবেম্মা, নিপাদো আমেরিকা মগানি প্লেন থোবা। মথা কমদৌখি ?

লু— মহাক উবদগি দময়ন্তী, ঐহাক য়ুমদ হল্লব লম্বী কাউ-খিরম্মি।

দম— কাউনি, অদ্রুক ফজবহু উরুরব মীংনা লম্বী অথীব উব হৌনদে। মতুং ইন্দুন অহুম লেংডুরব্রা ?

লু - মহাক্না ঐবু কোল্লুং তান্না থিনবিরকথি, অমুক লাক্কনি হায়-রম্মগ মাদি অহুম মাংখ্রে।

দম— মঙগি শাউনিংব হায়ববু ইবেম্মা, মাঙখিবহু ওইরে, প্রান চাকখ্রবনি সত্য।

লু— দময়ন্তী, কদায়দনো ঐন মাবু থিদৌবসি ?

দম— উম, চসি অয়ুক ভন্তা সমুদ্র মপান্দ মজা ইবেম্মনা লেমলৈ তানব লেংডকপ সিদি ভারাইমচাহু ফানব ওইরে।

লু— মহুনি হায়গদ্রা কৈনো থংদে, সমুদ্র মপান্দদ ঐ লৈনীংব ওইন তৌই। দময়ন্তী, অমুখোইখোয়ন ঈন হুনখিবহু করি করি ঙা অঙকপ ফাবগে অমুক্ত হংউ।

দম— ও. ও, তা অমুথোই ! নংখোয়ন ঈল হুল্লিবত্থু করম কয়স্থ অঙকপা ঙা ফজবজাং ফারবগে ?

অমুথোই— (অরাপ্পদগি) ও, ও······ তাম্না মানবী খোঙ্গেল অমন কৌরিবত্থু ঐখোয়বুরাও ?

দম— ও, ও ––– মানে, মানে, তাদ অমুকাত্রোং কাকলৈচরোং মানবনা ঈল হুল্লিবত্থু করম করম্ব ঙাজাও অঙকপ লাই মানব ফারবগে ?

অমু— (লাপ্পদে) ও, ও······— ঙাচীং, ঙাকিচৌ, ঙানপুমক ফারিয়ে, ও, ও ––– লুহোংগদোবা য়াওরব্রাও ?

মমৈ— (অরাপ্পদে) হন্দক্তি, ও, ও, ঙমুপোরোম অম ফারে হায়।

লু— মশক থঙদব, অঙকপ ফজবা ঙাজাও অমত্তা ফাদ্রা হংউনে ?

দম — ও···ও··· অঙকপ ফজব ঙাজাও মী মানব অমত্ত ফাব ঙমদ্রিবাও ?

অমু— (অরাপ্পদে) ও···ও··· র'ঠখু অংচৌ ! অমদি ফারে।

লু – কাপ্পরোই মখোয়ন ফাদৌ< ঙারাই নত্তে, ঐন ইখুৎন ইথন্দ চিংলগ ফাদোবনি। মখোয়ত্থু লাকও হায়মু।

দম— ঙা ফারুমমু, কারকও হায়য়ে। ও, ও, তারব্রাও তাচৌ, তাথোয় ! ও···ও··· কারকও হায়য়ে।

( ঈন, তুঙ্গোন, বাক্তিন পুত্থনা অমুথোয়, মমৈ অনীত্থু ঙামী মান্ন কারকই চোংলি চোংলি। )

লুপা — ভা অচৌব অঙকপা, নমাং পোকভৈদগি উত্রিবজাং অম ফাওব ফাত্রাও ?

মমৈ—তোর্ব্বান্দদি ভাজাও অঙকপ জাংতি পাক পাক ফারোই মজা ইবেম্মা।

অমু— অঙকপ অচোব ভাদি সমুদ্র ময়াইদ, তোব্বান্দৈ লাপ্প খোল্লগ লাইবক য়েংউদোব মভাই।

লু— থঙেঙ, নখোযনী কোল্লুংদ হল্লো। ঐ ওসিদি তোর্ব্বান্দ হল্লা চাত্থন শাম্লখিগে ; ঐগি চানব থরুব চাকলেন সিদ খর পুরকউ। সিদ শাম্লত্থন লৈরগ পুক্লিংসি য়াম্না হুংভাইবগুম অম তৌই।

মমৈ — পাবুংনা লাপ্প চখোকই, কু'মল্লে, ঐখোয়বু শেল্লদে ছায়ত্থনা ৱা থোক্লম্মোয়দ্রা মজাইবেম্মা ?

লু — নখোয়না ফনব পঙখুম্মদ খুমক্লিল্লু। ঐ ওসিদি হুমিৎ মুংব মতুংদা হল্লক্লনি। ঐ নোংথক্তে বর অমত্তা নিম্লকলিগে।

অমু — অত্থদি ননাই ঐখোয় পরপ পরপ লাকচগে।

(অনীত্থ চৎশি)

দম— ভরাংগি মঙত্থবু সনাথুৎমক্লা ঈজ চিংবীরমত্রা কনা কনা লোয়নবিরম্বগে ?

লু — ভাত্থন ওল্লকপ লাই অত্থ মশক ফজমনথ্রত্থন মাবু য়েংইভৈদ অতৈপুম্ব কাউরে, মুম্ন উহৌদ্রে। হে ভারাই উবুংভো, নংবু ফদায়ৱায়দা খেংনদগে কিজদে কম্বিগুম্ব খুদোংথীববু, ইবুংভো নংতবু ফংজনি হায়ৱগদি।

দম— ইহে, মজাইবেম্মা, পাবুং লুক হাব মতম ওইরক্লনি, ঐহাক্ল স্নাথৌগল চংজগদবনি, মথোয়গি মত্তুং ইলহৌরসিরা? পাবুংন লুক হাব হেক লোইবগ সিদমুক চেঞ্জরক্কে।

লূপা— অত্থুন কৈ, নথৌ লোইথোকউরো। ইবানী বা অতৈম্মু থর ত:-নদৌব লৈ ওসিদি।

দম— ঐ পরপ পরপ লাকচনি। ইবেম্মনা ইথন্দা ভায়বিহৌদো- ব্লিবসি ফরিব্রা?

লূ— কৈদৌই হায়বগে, ঐবু থঙদব য়াওদে মিনিকোইগি প্রস্তা- শিংন, কনাবু কিরুদগে? ঐ ইথন্দ লৈরগ ভরাংগি মওহ্ অমুক্ক নিংথিন নীংশিংলমখিগে। (হঙ্গৎ হন্দা চৎলি)

দম— অত্থুদি ননাই ঐ কুইজরক্লোই। (চৎখি)

(অরাপ্প সমুদ্রদা য়েংলগ লুপান শকপা)

ইশৈ :—

কদায়দ লৈবগে, কনানো নহাকপু?
নশকস্মু থঙদনা ক্লুংশিরে ঐহাক্কি,
ওস্থোকইকো ঐদি।
কৈদৌঙৈ লাক্কনি পাম্মুব নহাকপু,
তাইবংদ তমদব মঙলান্দ মবুংভোরা?
ভাউরেদো ঐহাক্কি!

(হি অতেনবা " কেম্নু " অম নৌ অমমম পায়রগ হোন্দুন নেভীগি থবক তোব মীচেন অনী, জাহাজ থোব কেদেটকি পোষাক

অঙৌব সুহৈট, টুপী তৌহুনা তোর্ব্বান্দ কারকই। লুপাগ মুন্না য়েংনৈ, মরোলসু খঙনদে। মমঙগ মরী নৈনত্রা চিংনহুন মখোয়বু হরাউ হরাউ তৌই। মণি সুং খর লুপাদ উহল্লি, মনাদ চিনবি, মঙক্রা শিরগ ফজনি হায়ব তাকই। মখোয়না স্বরু স্বরু জুঞ্জা মরোল লোম্নৈ, লুপান করিমতা খঙদে, আন্দাজ নত্তনা। )

লুপা— নখোয়নাবু ভারত মচারা মত্রগা কয়ম্ব ঈথংতগি লাকপগে ?

( অনীমক মঙক নোমই উম হায়ব মাল্লি )

লূপা - নখোয়না ঙা মশক খঙত্রা ? চাক্ত চানবা ঙা হায়বদো ?

১ নং— ঙা ঙা ঙা।

২ নং— চাক চাক চাক।

লু— হায়, চাক হায়দি সুম্না চানবনি। অদুগ ঙা হায়বন ঈশিংদ সুম্ন ঈরোইব অদুনে।

( ঙান ঈশিংদা ইরোইব মতৌ কেনা উৎলি। অনীন মুন্না য়েংলগ খঙব উৎতুন মঙক নোম্মি )

লুপা— ঙা অচৌব, ফজবা কদায়দা ফায় ? ঐ পাম্মি, ঐঙোন্দা পীয়ু।

১ নং—( মখুৎনা সমুদ্রদ থিল্লগ হি হোনবগি মতৌ উৎলি, চৎলুসি হায়ন ইঙ্গিং তৌই )।

২ নংসু—( ঙা পীগে মণি পীগে চৎলুসি হায় ইঙ্গিংনা )

লুপা— (ভাব তায় ) কৈ কোয়ক্লসি; নখোয়না ঐবু শক খঙহু। ঐ নিংথোগি মচাম্নুপীনি।

( ফন্দুন পোংতুন চংলি, মখোয়নীগি মঙক্তু নোঙ্হল্লি থুরু-খুদক কুলহল্লি. তাকপি )

২মক্লা— ( হিদ চংলুসি হায়বগি চঙ্গিং তৌই, ব্যবহার ফজনা ) ।

লুপা— নখোয়নী অমুক থিল্লক্লের। ?

( মখুং পায়তুন অনীতুবু লম থর তানব চংলি, অমুক থিল-হনবৈ মতৌ উংলি। অনীতু ভাব তাতুন মঙক নোমই। নোল্লুক্লা থেমতুন অনীতুন মজাইবেম্মবু " কেনু" দা হাপ্লগ পুথি হোন্দুনা। লুপান মাগি ইশৈতু ভংতুন চংখি ) ।

( মমৈ, অমুথোইনা মজাইবেম্মনা চান থকুবা পুথম তেঙ্গোং পোং চৈ ময়োম পুরগা লাকই। লৈরমদবদ ইঙক ঙক্লে, মুংশা থীনৈ। মায়কৈ মরীদ ওন্দুনা কোয়ন কৌই। )

মমৈ— ও ও……মজা ইবেম্মা লুপা স্না।

অমু— ও ও……মজা ইবেম্মা স্না লুপা !

মমৈ— ও ও …নিংথৌগি মজাইবেম্মা সনা লেপ্প য়াবী লুপা।

অমু— ও ও… মিনিকোই ঈথংকি নিংথৌনা পোকপী থাদোই। সনা থোকউ থোকপী, লুপা থোকউ থোকপী, নথন্দা নাই-তোম শাংপা থম্বাল্লে মানবী-ও !

মমৈ— ও ও……মজাইবেম্মা শকহেনবী, থক্ত অম শাংত্রবী থাদ অম পোমত্রবী, নহাকপু লৌব নিপাদ নিংথৌ খুভম পীচম্বী ! নংবু ক্কৌরিবসি তাত্রবনে ইবেম্মা ?

অমু— তাদ্রে, গুরুইদ লৈত্রে, ইবানীন লাকইব তোর্ব্বানসি ওয়রে, শোয়রে। অমরোমদ চংসি।

মমৈ— অসাই অয়ুক ঐখোয় মরীন লাকমিন্নব তোর্ব্বান্দুদি অসি মক্নি শোয়দে অমুখোয়।

অমু- ওইদব ভাংগ্র তামৈ, মফম চুম্মবদি অসাট লৈহৌব মজ্জা ইবেম্মতু করিগি লৈরমদে? লম্বী লানব য়াই, মফম শোয়ব য়াই, মজ্জাইবেম্মা লৈত্রিবসিদি চুম্মব নত্রাও?

মমৈ— ভাইখোনে অমুখোয়, মজ্জাইবেম্মন মফম সিদৈ চৎখিবদি ওইব য়াত্রা? মখোড পান্দব তোর্ব্বানসিন ভিডঙ্ক য়েং লৈহৌব।

অ— মজ্জাইবেম্মদি অচুম্ব তোর্ব্বান্দা ঐখোয়বু ভায়রম্নিয়ে চাক লান্ন, অতৈ চৎকম লৈতে, ঐখোয় লম্বী লাল্লে, হন্দোক্লসি তামৈ।

মমৈ— লম্বী লান্দুন খেংনদব ওইরবদি ফবু ফৈনে, নত্রবদি মজ্জা ইবেম্মা মাংহনবগি নথল্লাই ইথরাই মাংব তারবনি।

অ— থল্লাই মাংদৌ শরুক তামৈ, ইচিন্নাও লম্বী মাংব শোয়দ্র বনি, মজ্জাইবেম্মা মাংদে।

(হন্দুন খর চৎমিমৈ)

মজ্জা ইবেম্মা মাংবনা করিগুম্বা শোয়দ্রবদি ইবানীবু হাৎলো হায়দুন স্নায়াথং পীগদ্রাও?

মমৈ— ইখৌ তৌদব ইবানীবু কোন্নুংন চাক থাকপগি করি কান্নে হায়দগে? হাৎপ মশান তারবনে। নংবু শিনিংদ্রাও?

অ— শিব তারদি তামৈ, অনী শিন্নুসি অমত্ত শিসি অমদি মরাল লৈহনন্নুসি।

মমৈ— মন্থুন কৈ, নং নহানি, নং হাল্লম্মো।

অমু— ধর্ম্ম য়েংই তামৈ, ঐ য়ুম পান্দ্রি। ৫নি চাক্কোব মতুংদ নন্থুং শিল্লগে।

মমৈ— নবুকচেল পিকন্থু লৈবাক্কি কান্নবব তৌসি। নংন নয়ুম পান্দ্রিনসি লৈশাবী মপাশিংন মুংশা থী, চিংগে হায়গদ্রা কিনৈ। নয়ুম পাল্লগ নচা থাকপ ভমো্মায়, নমহৈনব অভাং রারকপ ভমদ্রনা লৈবাক রাননি নং শিখ্রো অমুথোয়। নংন শিরগনে মখোয়গি লৈবাকু কমদোন পানবগে চিঠি অমত্তং ভস্তা থারকউ।

অ— ফাগী নত্তে তামৈ, নখোয় ইতৈমা লৈখিদ্রবস্থ কাউরব্রা নংবো? তামৈবু ভাইন্থুন লৈরম্মনি থীল্লম্থ লেংখ্রো।

মমৈ— হায় কররম্মা অমুথোয়, পাউ তারমানে নিংথৌ লেংলক্লে-হায়।

( বেঙ্গুল খোংব তায়, নিংথৌ মহেন্দ্র লেংলকই, শিকারী কোট খোঙ্গাও, আজমেরীনা ফিক্কেং ওইরকই, চৈ ফজব অম পায়। দময়ন্তী অমদি সেনাপতি বৃদ্ধ পোষাক শেং থোগল্লকই। মমৈ অমু-খোয়ন মমায় থুমজরগ লোংতুন কিন লৈ।)

দম— আজ্ঞা, মজাইবেম্মাহ তোর্ব্বানসিদ হঙ্গৎ হন্দা চেন চোংন্থুন শাগ্গহৌই মথস্তা।

মহেন্দ্র—কোম্বুংগি শানভম ময়ামন্থ কৈদোরদুনা তোর্ব্বানসিদ মথস্তা?

দম— পোনগি চেক্লাগুম অফা অপুম্নবন নোইব চাউব হেঙ্গৎলে, লম্মাং অচৌকপদ চেনব চোংব, কোয়র, শাগ্গর, রাথল তৌব মুংভাই, হকচাংস্থ ময়েং তানি ভাকপিথি।

মহে— অহুবু করিগি মথন্দা হুন্দোক্লম্বগে? ( শাউই )
দম— কিদে, কৈস্থু তৌরোই তাকপিখি, ঐবু তাম্ভোকপি।
মহে— নখোয় অহুম তান্নরগ ইচান্সুপীতু মাংহনব ওইরম্ব য়াই।
বুদ্ধি— হায়. মমৈ, অমুথোয়! অহুদ কৈদৌরি? সিদ লাও, য়্না হংগে।
( অনীতু চেল্লক্লগ নিংথৌদ খুরুম্মে )
মহে— কনাদ পীথোকখ্রে মণিমুক্তাদে হেন্না লুন থমজরিবা ঐগি অমত্তা ওায়বী থাদোই লুপাস্না? নখোয়ন মাবু লোংলিব করিগিনো? করি ননীঙ থুংদব লৈবগে? লোঙ্গা কয়া শেল কয়া করি ফম পাম্বগে? হায়রু পীগে হুজিকমক নখোয়গি অপাম্বতু, ইচাতুদ পুথোরকউ লোংকন্নু।
মমৈ— ননাই ঐখোয়বু স্না কোন্সুংদে চান থক্লব লৌক্লচো হায়তুন তানখিখি, মুমিংযুংব ফাওব তোর্বান্দা শানখি, য়াম্না সুংঙাই, নোংথক্কে বর নিগেস্সু হায়বিহোই।
মহে— নখোয়ন অঙাংতুবু মথন্দ হুন্দোকইববু কনাবু ফাহনগে হুয়ানহনগে খনবগে? অশেংব তাকউ।
অমু— ইবেম্মা মশান মথন্দ লৈহোগে, বাখল তৌব সুংঙাই, নখোয় লাংগন্নু হায়তুনা তাম্ভোকপি।
মহে— নখোয়না লম হেলহনবনি; কিব খণ্ডহন্দবনি ঐ খভিঙ সঙ্গন মাংহনবনি। সেনাপতি বুদ্ধি, মমৈ, অমুথোই অমদি দমংয়ন্তী মখোয় অহুমসিন ঐগি ইচা মাংহনবনি। করি চৈরাক পীব তায়?

বুদ্ধ— শ্রীযুৎ ইবুংঙো, স্না বুদ্ধি ই:থবিখো, থা অমত্তং থিখিব হায়-
বত্তনি, মত্তুদ— ফংদ্রবদি নিপা অনীসিন মথল্লাই মাংব
তারে, স্নুপী অসিনা চহি ১০ কৈশুমশংদা। তারিব
খোঙ্গুলশিংসিদ সনা মিংয়েং তাবিয়ু।

( ময়াম চংহ্লুন খোঙ্গুল লীনৈ, সমুদ্ররোমদ চংখি )

বুদ্ধি— তারিব খোঙ্গুলশিং সমুদ্রলোমদ চংখিবগি মতৌনি। লংকৈ
চংপ নত্রগ লংফৈদে লাকপ কনাগুম্ব খরনা মজ্বাইবেম্মবু
ফাত্তুন পুখিব তারে।

মহে— অত্তুদি সেনাপতি অরৈব হি মখৈ লৈবাক্কি লল্লাইগি লোই-
নমক সমুদ্রদ থাদরগ থিহল্লু। অফংব নিপা স্নুপী ঐগি
ইচাত্তবু ঐঙোন্দ পীরব ওম্বত্তুদ লৈবাকসি শরুক অত্তুম
থোক্লগ ১ পীনি হায়ত্তুন লাউথোকউ।

বু— মমৈ, অমুথোয়, নথোয়না হিরমসি শগোল তোংলগ লৈবাক
শিন-থুংন লাউথোকউ। থ সিগি মল্লুংদ থিব ফংনব নথোয়-
নীম্মু কন্না য়াওব তায় থ্রঙু।

মহে— থাসিগি মল্লুংদ থিব ফংদ্রবদি নথোয়নী মিনিকোই ঈথং-
সিগি চাক চাদ্রে হায়ব থন্না থিগদবনি, চংলু।

বু— দময়ন্তী, নংদি তত্তনা লোয়নবনিন থওইনি, হন্দক মরক
মজ্বাইবেম্মনা মহৌশাগ মান্নদন সমুদ্র তোর্ব্বান্দ চথোক-
খোক্তোক্লিংলকইবসি করি ৱাখলদৈনি হায়না নীওই ?

মহে— অশেং অশেংব তম্মু, করিমত থুপকল্লু, মহৌশা কোল্লুংগি

অকোয়বদৈ কয়া হেন্দোক্লমদে, করিগিনো মান লাপ্পা তোর্ব্বান য়োরকইবা ?

দম —'ননাই মুখোয়গ তাহৌ মমৈগবু ভা কাহংগে ল্যাকপনি আজ্ঞা। মজাইবেম্মগি মঙদা ঙরাং অহিং ফজ্রব চাউরব ভা অম ফারম্মি হায়। ভাহু মজাইবেম্মনা ফংফান্দ হক লংথংপদা ঙক্লবা ভা মানবা লাই হায়গদ্রা মী হায়গদ্রা অম ওনথি হায়। ভাহু ফানব তোর্ব্বান্দ চৎনিংগ ওইরমানে নীংঙ্গে।

বু — মহু ওইব য়াই নহাগি পঙলবা মঙলান য়াখল শ্রীযুৎ ইবুংঙো, নজা ইবেম্মগি চহিবু ৩০ শুদোব কয়া য়াৎলিবগে ?

মহে— কুমসিদি ৩০ শুরবনে লুহোংব থেংলবা, চহি ৫ সি মতীক চাব বয় খনবদ হৌখিব খঙহৌদে। অঙকপা মঙলান য়া-খলনি নহাগি মঙদ উব ওইদব ভান ভাইবংদ মী ওনগনি খনবা! সেনাপতি বুদ্ধি কোম্বুংদ হল্লসি, নহাক্ল লঙ্কাদ্বীপ আমীন দ্বীপ, লঙ্কা দ্বীপ ফাওব হিতোংব মী থারগ থিঙনব তায়, চিঠি চাজুম নম্মগ লিংথো নিংথোদ পীহনখো। লৈ-বাক্তি মাইব মাইবী, পাঞ্জি গণক্লা করি হায়ব অহুম্মু তাক্লনব হল্লসি।

বু — ফনি আজ্ঞা। ( চৎমিন্নবগ )

লৈশাবী পাখঙ চেল্লগ লোনবসি য়াদে হায়হুনা আইন ওইন শেপ্পবু ফগদ্রা, থঙদ্রে মতম অসি !

মহে — অহল্লমম্মা য়াদ্রবদি মঙলান্দ নুংশিনবগ হেক্ক লোন লৈনহনবা

ফণ্ডে খল্লি, আইন হায়বসি শেন্থ য়াম্ন লুই, চৎনত্রিবৈদ খর মুন্ন নৈনখিব তায়।

ব— ময়ুম পানবগি চহিদ স্নুপীন ২৫, নিপান ৩০ হায়বন্থ আইন ওইহনব য়ারে আজ্ঞা।

মহে— চাকথোক তারকপনা ময়ুম পানবদ খর খিলহনব ফয়ে-না মন্থদি আইন ওইনব লাউথোকখ্রো।

ব— আজ্ঞা।

মহে - নোংথক্কে বর নিব! করি বর করম্ব বর? নহা ইনখৎ-লকপগি অঙকপা য়াখল! (চৎমিন্নখি)

---

# ২ব উৎপ

সমুদ্র মপান্দ জঙ্গল অম লৈ, খুল অনৌব মচা অম তারি। খাংপোক অচৌকপ অমদা, জুগোং চান শাদব ফাল, মেজ খর লৈব উই মপান্দ থাহুন। মতমন্থ স্নুমিদাংয়াইনি।

লুপা স্না অমদি ময়াং নং ১ হঙ্গং হন্দা তোর্বান্দ চংলগ লম য়েংই। ময়াং নং ২ন লুপাদ স্নুংশিব উংলি, মখুৎ পায়, মশাগা মশাগ নরুনব হোৎনৈ, স্নুপান য়ানিংদব উৎলি তপ্ন ইস্নোকই, খর লাপ্ন লৈনব লাক্কে।

লুপা— হায় অঙাং অহুম তৌম্ন, ঐ নংগুম্ব মীচম মমল লৈতব নত্তে, নিংথোগি মজাইবেম্মনি। ঐহাক অবাংব য়াখলগি

মৈরা অম ইন্নত্নন লাকপনি, ঐডোন্দ ডাওশিন্নরকনু।
নখোয়গুম্ব মরাল লৈব মীচেন ডাকুন হেকপ য়াব শিঙেল
নত্তে। ( অমত্থু নো:ক্তুন তায় )

ময়াং ২শুবনা—( চানব থক্রব খর পুথোরকই খাংপোক্তগি, ঙহাক
চামিন থকনিম্লে। মতুংদ ২বনা ইঙ্গিংন কোখোক্লগ অমুক
মুংশি মুংওন্ন তৌই, ইঙ্গিংনা অপাম্ব ন্না হায়নব লাক্লে।
লুপান য়াদে, হন্দোকই মনাক্তে।

লুপা— চাঙখৎতব জঙ্গলগি মতৌ ঐডোন্দ উৎকনু য়োংমানবশা।
নখোয়সুব্রাইদ লৈরগ ঐনা কন্না আশা তৌরিবসি থুং
লক্কনি থাজরকত্রে, ঐবু লোগে নিংথৌ ওইগে হায়রবদি
পাবুংদ হঙ্গংলো, মিনিকোইদ চৎসি। নখোয়বু নিংথৌ-
মচারা; ফাদোক মীচেনলা, ডাকুরাও?

( নং ২ ন ফায়, কিহল্লি; লুপাগ লাক্লে শাউনৈ। খন্ন লাক্ল
ফানব উবদ নং ১ ন লাক্তুনা খাম্মে, খাম্বদৈ ২ চু শাউনরকই, য়ৈনৈ
শুনৈ, নম্লে। লুপান খামদোকই।)

লুপা— হায়, অপঙবা অনী, নখোয়ন লোবস্থু ফংলোইদোব লুপী
অমগিদমক শিনরগেরাও? নখোয়নীন শিখিবদি পাম্মু-
দেনহায়, জঙ্গলসিদ শা, কৈ মরক্তা ইথন্দা লৈহোব কি,
নখোয়নী শিনব য়াদে তৌনমু ওক্লেনহায়। লাকও ব্রা-
ব্রিনি, পোথারো, তূম্মরো।

( মখোয়নীত্থ পোথানবদগি তুমথখি। লুপান কিবনা তুম্ব য়াদে কোয়ন য়েং , মখোয়নী মনাক্ত চংম্ভুন ফম্মি।)

লুপা— ঐবু য়ুমদ পাবুংন মাংখ্রে হায়ম্ভুন ম্লুংশা থীরম্মনিদা! ঐমু হন্দক ওম্থোক্সা ঙক্নবা থবক তৌরকইদা! হে মুপিমচাগি বুদ্ধি; নং ইকাইব খঙদেকো। পাবুংন ঐবু মীয়াম থারগ ঈশিংদ কোয়ন থিহল্লবদি ফংগনিকো। ঐগি মঙম্ভবু অওইব ওইন ঐন থাজক্কবসি মুপীমচা পিক্ত পিকপমু নম্রেকো। য়ুমদ হন্দোবসি ইকাইরেদা ঐদে।

( রাগল থল্লি চুবা মেত্তুনা )

( বুদ্ধিনা মুগাগি অরংব মচু কাব ফিজেং ঙারাই মায় শেংলগ, মকোকম্ম ঙা মকোক মান্নব টুপী অম উপ হি মচা অম হোন্দুন লাক্লগ তপ্পা লোয় কাথংলকই তোর্ব্বান্দ। লুপাগ উনৈ, মীৎ চানৈ। লুপান ঙকই, হরাউই। ঙারাইনা মখুং হৎতুন কোই। হরাউনা লূপান কে-না মনাক্ত চংলুই, ঙক্না য়েংনৈ।)

লুপা— ইবুংঙোবু শাইরা নক্রগা মীরা ?

ঙারাই—ঐ লাইমক্তি নত্তে, মী হায়বম্ভনি। ( মখোল ওল্লি )

লুপা— মক্কমসিদদি করি থবক্তি ?

ঙারাই ইবেম্মবু কল্পগে শাকপনি।

লুপা— করি লৈবাক্তগি ওইরবনো ?

ঙারা— সমুদ্র তোর্ব্বান্দ তাব লৈবাক অমদৈ।

লুপা— ঐন তারিব খুদোং থীবসি করম্না খঙবিবগে? কনাগি থৌইনশিন্দে মফমসিদ লাকপিরিবনো?

ডারা— লাইন মঙদা তাকপিরকপনি। মঙতদ ইবেম্মগ ঐগ মপা লৈতন মুংশিনরম্মী। তাইবংসিদ ইবেম্মবু উরগ মঙন্থদৈ হেম্ন মুংশিজরে। ঐদি, থঙজদে ইবেম্মনা করি থনবিরিদগে? ইবেম্মবু কনাগুম্ব অতৌব নিংথৌ অমগি মজা ইবেম্মা নৎপিব্রা?

লুপা— মানি ঐহাক, মিনিকোই ঈখংকি নিংথৌ মহেন্দ্রগি ১ত পোকপী অচুনি। ঐবু লৌব নিপান ইপাগি নিংথৌ খুভম ফংবিহৌগদবনি— অঙকপনি, ঐসু মঙদ ইবুংঙোবু উন্দরম্মী, উব হায়বহু মুংশিব হায়বঙুগ অমত্ত ওইন তোরম্মী। মুংশিব হায়বহু অঙাওবগসু জন্মা ওইরমানে। মঙন্থদৈ ঐ তাইবংসিদ ইবুংঙোবু থিজ্জরকপনি। হুজিক উম্নব ফংজবসি হায়ভম থঙদন মুংঙাইজরে।

ডারা— মঙগি ভাবতু তাইবংসিদসু অচুম কায়দনা লৈবিরব্রা?

লুপা— মঙদৈবু হেল্লব জাংনি।

ডা— অচুদি কোম্ন ব্লারী শাসি, মফমসিদ কুইন লৈব ফত্তে। ঐগি হি মচাদ কাখৎপিরক্লো, হকচাং কয়া য়াম্ন হকপিবগে — অনী তোংবদ লুপকত্রা?

লুপা— খঙদেনে ঐবু পুক্লিং মুংঙাইবসিদ ফনদি য়াংলম্মনি।

(মখুৎ অনী ফন্দোকই, ডারাইনা শেগ্রাক্ত পায়রগ অঙাংগুম্ন থাঙৎকে তৌবদা মথন্দা চোংথৎচবগ মপা চানৈ।)

ঙা— এ: থোইন হক্তে ; অনী তোংব য়ানি হি লুপ্লোই।

( মখুৎ শমহুন পূথি )

লুপা কদায় তান্ন পুবিদগে ?

ঙা— মজা ইবেম্ম'গি পোক্লভন্ন লমদম, মিনিকোই তান্ন থিঞ্জন্নমগে।

লুপা— অহুগ ইথন্দ অমুক থম্বিরম্বা মঙদ মঙহুন ঙাওরি ফৈরি হিংহৌনবা ?

ঙা— ভাব তাজদ্রে ; ( থঙশিন্নদে ) মুমদ হনবিনিঙদ্রবাও ?

লুপা – ইৎন্দ লৈরুব তল্লবা। ঐখোয় পাবুংগ শক থঙনবিরগ...
... ... ... অং · — --

ঙা: — অহুগিদি ঐ কোন্ন অমুক লাকচগে, মতম চান পাবুংবু থুরুনজরগে।

লু— কুইন অমুক উখিদ্রবদি মঙ মুংঙাইরোইদকো !

ঙা— ঐস্ু অহুমঙাই মজা ইবেম্মা। লেংঙসি —। (অনীহু চৎখি)

( তূম্নম্ব অনীহু অমনা মমঙদ মারকই, অমনা মীৎকপ থোকই মারকপদা ব্লাইচিন্দুন। লুপাদি ওইরমদ্রে, ইঙক ঙকুন কোয়ন্ন য়েংই, নিঙবা কায়হুন কোয়থি থি। ফংদহুন অমহুবু হৌদোকই, অনৌব হৌগৎপহুন লুপা উদবদ অহানবৈহুবু য়েগে তৌই, মহাক নত্তে হায়হুন শাউনৈ। মমৈদ কোয়ন থিমিন্নে অহুগ নীঙব কায়ন্ন চৎমিন্নখি। )

---

# ৩ব উপ

খুঙ্গংগী লাইর য়ুম অমদা, নুমিদাংঙ্বাই সাবিত্রীন ফৌ শুবদগি য়াঙ্কোক্পা চেং থৈরি। কুমারনা কৈজোম মপুনব অম শেৎলগ মোজা-ফুরিৎ লীৎলিবগি মথক্তা কিশিল্লী, মনাদ চুরুট অম থেৎলি, ব্রাশা অম পাম্বরকই। খোঙউপ তোংদে।

কুমার— বা অমত্ত হংজগে? শল অল্লাংব চীদেকপ অম শোম্বদকা চংঙকপ উবিদেকো?

সাবি— ঙসি নুংথিলগিদি উজদে, অসাই অয়ুক্কি ঐখোয় তাতোম্না কোবী মতোন থৎলগ চারম্মি হায়রুন তেংপাক্ত থাহুন ফন লাপ্না তাম্মোকথি।

কু— নখোয় তাতোন লৌ শৃথিব্রাও?

সা— উম, সন্দ তেংপাক্ত থারুবগি থংনবিগে হায়ব্রাও? মীরা তাবিনিংব্রবদি মতম চান সন থাবিয়ো, লোইশিনবিয়ো।

কু— ঐখোয় সন্দা নখোয় তাতোন্ন অথম্নন থীন থীন ফুব, তেংপাক্ত থাবসিবু করম্ব নুংঙাইতব লৈরিদগে?

সাবি – মপুদ শাউনিংহুন সন্দা তায়নরমদোবদি খঙদে।

কুমা— সন্না কোবী চারগ শাউবন ঐঙোন্দ শাউরবদি, শাউবগী শাউব শাউরসন্থু, ইবানিস্থ চাম্নবগি চাম্নব নুমিৎ থানরসি চেম্নবা। ঐন খঙজবদি ঙসিসিম নুমিৎ ফৈ, হয়েং থাশিনি।

সাবি— থাসি ময়াদবু চেনব ফৈ হায়ব্রনে? মীরোল হুক্তব রাজু তানিংদে।

কুমা— থাশি সুমিৎত্তা থা মশক উদে, থাশি হয়েংনিন ঙসি থা কুইন উরোই। চেনবস্নু ঙসিহু কুইন য়ুমদ লৈত্রে, হয়েংস্নু থাশিগুম পুন্না লোৎলুরনি ইবানী। ঐ থবক শূব চংত্রে, ইমান্নবদি লৌ লোইনখিদোরে, লৌয়োমদ স্নাংহৌবসি মী অম লোক্লগ শিংগৎপ তারি, নখোয় তাতোন হায়র লৈত্রবদি চৎসি লাকওনে।

সাবি— পুত্রী মপান্দ হৌরিব হৈথা পাস্বীসি উবিত্রা?

কুমার—উইনে, মশাদ খোঙ্গমৈলৈ শাৎলিবসি নত্রা? পামত্রা হেক্কপিউরা?

সাবি— ঐগি ইহুং ওইন চয়োং অম হেক্লগ চিনবিখ্রো।

কুমার—হৈরাং লৈরাং প্রমান পান্থৈগি মণ্ডলান্দ ঈরোইত্থুন শান্নব স্নুংঙাইরম্ব চহি মতাংহু হেল্লেনে ঐখোয় সাবিত্রী। চেং চিনি, ফিরোলন ত্তাইবং থবক শূদনা মতম মাংহনব য়ারিত্রাও? ঐখোয় ইমান অউনপোৎ পামত্থুন মৌ নাপশেন্দানবী অমা হায়ক্লরেনহায়। পরপ পরপ চেলহৌদ্রবদি মীয়ান্ন গোপ্নদোরে, নং রাখল অম ত্তোয়োনে খন্ন খন্ন হেক্ক চেল্লসিনে, নিপাম্চা স্নুপীমচা চহি ২৪ | ২৫ য়াক্লবঙাক্ক নত্রাও ইবানীবো?

সাবি— লাইরব মশেল স্নুংশিনবদ থবক শিংহনবদি চুমদে, তা-কুমার, অত্থুবু খর খন্নহৌদবস্নু য়াদে, হয়েং হন্দোক্লবদ ফজব পোৎতি নত্তবনিনা। তাতোন মথন্দ ঙায়দো ঐখোয়স্নু

ꯅথোয়সু ইমা হনুবী মথন্দা। ঐন নখোয়রোঞদ য়াওরগ ভাতোন্ন মথন্দ চাকথোং কৌসু তৌহৌদবর্সি খল্লুবদ ঐসু মন্মি।

কুমার—সুংশি নংঙোন্দ রাখল খন্নবসিদি চহিদ পংহাপ্ত হাপ্লনি, য়াউশং চৈরাউবা ২…………কয়াদি য়াম্মে, রাখল ভৌ ঐখোয়ন য়'ক্লকইবা। ঐগি রাদি জৈ রাধা কৃষ্ণ হায়ত্তুন কদম মখোঙদা যমুনা তুরেল লাল্লগা বৃন্দাবন্দ য়ৌথ্রসি হায়বদা লৈয়ে। মেরা লৈতে, সুংশি মওং লাংগি থোক্লব অম থোকসন্নু, চেলেংজ।

সাবি—মখোয়গি ক্লাস শান্নবগি মরোলদা ব্লাইন্দ ভৌব হায়বহুনিনে। মীনা শো—শুহোংলসি হায়বকান্দা ব্লফনবু কদায়দৈ বেন্দ পার্টি, কমুং কাংথোল লৌক্লদগে?

কু— লৈকায়গা অমত্ত ভাক্তনা "ওফ" হায়তুনা ভাশ মরক্ত লংশিল্লগ কন্যাদান ভৌহল্লগ লৌইরে।

(কোম্থোংদ চাউতোন লাকপা মথোল ভায়।)

চাউ— হায় হায়, সুপীমচা সাবিত্রী! নংবু হিঙ্গোলদ চংহবা সন লামচাসি উত্রাও? য়েঙ্গাং নাপী খর থারিবসি লোইব ভারেনে। হৈনহায়! ওস্থোক্না ইকাইব খঙথিত্রেদা কনাগি সম্নোনে শ্ররাংব চৌগোনবসিবো। হৈ নহায়!

কু - (ফিংন) ঐবু কমদৌ হায়বগে? কদায়দ লোৎকম্নি?

সা— অত্তুম কন্থ য়াত্রাও?

কু— মাই হকাইজৈ, চক্ক ইকুম মক্কমদ থুশকে। (লোৎখি,

চা— হৈনে, হৈ নহায় ! কদায়দ হৈকায়ব খওদ্রিবনো লৈশিন্দুন লৈরিবসে, চৎকে হায়দেনেসে—হৈ নহায় ! নং তাম্নহুন লৌচৈনা কল্লুরা ? নংবু ঐখোয়না লোইব সন্ননে ? হায় মুপীমসা ! নংবু ফো শুব লোইদ্রিবাও ? ওসিদি ম্না হায়গে, মুম্না তাউ।

সা— ওসি তাতোম্ন ওস্তা লৌবুক্তগি কারকইববু কৈদৌরগে ? লৌদি ইশু শুরম্ম:রাই ?

চা— ম্না অম নিংশিংলল্লহুনা শোয়ব তা:ম্ন হাম্নহুনা লাকইব নি।

সা— করি ম্নানিনা ?

চা— ঐখোয়দ কনা কনা কোয়রক্লম্মি ?

সা— ( ওক্লা ) করিগিনো কৈদৌরবগে ?

চা— নত্তে, কোম্নুংলোমদৈ মতৌ মানব মফিম্নরোল নানবা নিপা ১ | ২ লাক লাকপ্রাও ?

সা— লাক্তেনা তাতোন। করিগিনো কোম্নুংগ সঙ্গ তৌরব্রাও ঐখোয়গি তাতোনবো থবক শূব অম্নবা ?

চা— তাইবং মীসি থর তনব ফংনব শেল লৈব তায় করিগুম্বা পাম্বেনা। ঐখোয় লৌমী শিন্নীনা থবক্ত পং:শূদ শূব, তনবা ক্লুংওাইবা ইফং ফংদবা, অওম অথৌ, কোম্নুং কাব. লোম্বশংদ লাইম্নিক শূবশিংন তন্দুন পোথাহুনদ লৈবা। মসিবু য়ানিংব্রাও ?

সা— মীগি মরাইবক মহৈবু ঐখোয়গি অথীব লাম্নবক ওম্নসি য়াগব্রাও ?

চা— থর থর ওম্নসি হায়নখ্রে, পঙবা য়াদে, স্নংঙাইসি থর ভন্সি হায়রবদি পুন্সিদা। লম হেনগন্ন ঐনা হায়ব ইল্লু · নংগিস্ন ঐগিস্ন লাইবক ফনবা তনব ফংনবা লম্বী ঐ শেমগে।

সা— লাইবক অথীবগ ফজ্রবগ ওম্ন্সিবু হায়রবদি ঐখোয় থুন্সিদৈ অথীব ফন য়াম্না চোংথোরক্কনি তাতোন।

চা— মী অতৈ খোম্মুন্ন ইবানীদৈ য়ানী অপঙবী। কোন্নুংদৈ মরল লৈখ্রব মতীক লৈখ্রব নিপা অপঙব অনীথক ঐগ ভরাং থেংনৈ। ঐহাক ইফম নায়ব তারে, নহাক্না কোন্নুংদ ওংব তারে সনা লুপা তেকথব মথৈ নঙকশমদ পানব তারে, ফজ ফজখ্রব ফিরোল শেংপ ইনব তারে, ননাই নশলনা চখোকপদ থোগল তৌব তারে। থুর্লসিগি মমাংদ অমুক্কং নতীক ইতীক উংনিংবহু ভান অম চারে হন্দক্তি।

সা— তাতোন ঐবু কোন্নুংদ থাক্সবিরগে সিরাও?

চা— উম, মানি অহুমক্সি। ঐস্ন লৌ উব তোক্লনি কাকথৈ চীক্লরোই, চুরুট অহাউবদ চুপ্পনি মী পাম্নহুন লৈরনি, সন ইরোইগ শাউনররোই।

সা— মাই ভম্মোই তাতোন ঐ, কোন্নুংদ লৈব হৈনরোই হুকচিক লাংব ক্ষংলোই, য়ারেম শূব হৈনদে।

চা— হায়, সাবিত্রী! মহু য়াপোৎ নক্তে ভাওশিন্নমু। মসি কয়াদ পঙখ্রব স্নপীমচানোনে। তন্না স্নংঙাইন মোন্দুম মোন্তেক মথক্কা ওন্দুন লৈয়ু হায়বু হৈনরোই পামজদে, লৈখোম লৈনাং, পাং কোম লৌবুক্কা চোং চোং লৈবনা পামক্তে

হায়ব য়াহুবু করি সম্নো করি ইরোইনো নংবো। নন্না হংহুন কান্নপোৎ নত্তে য়াদব য়াদে ঐগি য়াথং, নঙোন্দদি ন্নিংথৌগি স্না য়াথংগুম্ব লৈবাক্তা তাহনব য়াদব। য়াদ্রবদি ঐগি চৈক্ৎ মীয়ৈ নং খঙিঙদনা ?

সা—কনাদনোনে ঐবু থাজ:বিদৌরিববু, মশকস্তু খঙদনা কনাগি সেবানো ঐন তৌরুদোরিববে। ? (কপ্পি)

চা— মশক খল্লুস্তু, কোন্নুংগি অঙন্থনি হায়রগ লোইরে। মাইহায়ব য়াপোৎ নক্লে, মশকপুদি হুজিক লাকনি ঐ য়েংহনগে। লাইরব লাইব্রবী ঐথোয়না মশক উরগ পুক থনব্রাও ? মশক য়েংদৌ শরুক ফুরিংখাউ য়েংউ অপঙবী, কয়ান্না পাক চাউব কয়া য়ান্না লূপ্না। পুক থল্লগ লোইরে, অতৈ অরাইবনি পোৎ তাংব মতমসিদা। সেবা ফজ্জৌ, নচীন্দু দোরো দোরো লাউ, হৌনব খঙ্ঙু কো—কোন্নুংদৈ ঙাক্কি, থৌগললোল খঙদে হায়খিনিকো ? ঐ লমজাওদা ঙায়-রমগে, নং চাক থোংদৌ'ক্রা।

সা— পুবিরক্কস্তু তাতোন, ঐ কান্নুংদ ইলব হৈনয়োই ঙমদে মাহৈ। ঐ মাইকো।

চাউ— কোন্নুংদ লৈনিংব্রবদি অরুম হৌব পৈ তাব, করম্বা সন ইরোইদ ককই চুনব নয়ুম পানগগে ? মশক অহুক ফজবহু পাৎ কোমদ শাংভুন অহুম লৈগেরাও অপঙবী লমহেনবী। চদংনবা ফদি·ফ্রা থুঙ্গংসিদ নয়ুম পাম্ব নংস চাউথংতৌবজি কদায়দনে ? ভুমাই চঙ্কিক কনাগ য়া লোইনরুরবক্কে ?

চিনি অভৌবগি চা থকপা ফংদবা, টেরেলীন নাইলোন মশক খঙদবা খুদৈ শেংপ কনাগ হুমিৎ থানরুরবগে? নথবাই মাংনিংগ্রবদি হায়দোরুথো ফদি-ফ্রা খুনগী পাথঙ অমত্তদ নয়ুম পানব য়াদে নং। খঙজেদনা? (চৎথি)

(সাবিত্রী চিন্তা ভৌথুন কপহৌই; কুমার মফি মরোল কম্মোরুগ থোরকই, সাবিত্রীন কপ্প উবদ মথল্লাই হুংডাইতে।)

কুমার— কৈদৌরে সাবিত্রী কপ্পিবদি? তাভোম্না কয়া থীন চৈ, রম্মগে? করি করি থবক শুরমনবগি চৈরম্মিবনো? ছিঙ্গোল সম্বন খাদবগিরা ফৌ শুব, ছিঙ্গোল শুব পাংদে হায়থুন চৈরমত্রা? হায়য়ো, নতেং পাংনব ঐ লৈরিবসি উদ্রাও? নংন কপ্পগা ঐগি থম্মোয়সি থক থক নিকই। রা ডাংভো, নরোল থোকও। করি হায়না চৈরিবনো?

সা— থবক শুবগি রা নত্তে, থবক শুদনা তম্না লৈয়ু হায়রিবা?

কু— হৈমা অছুগি কপ্পিবা অঙাংবা? থবক শুগন্ন, হুঙাইনা রায়েম ডাংথুন তম্না লৈয়ু হায়রগ নংন কপ্পিবা?

সা— লোমীনবু লোয়াইদ তম্ন লৈব য়াওত্রাও? তনব ফংনব, থবক শুদনবা ঐবু কোম্নুংদা থাজরনি, ফদি-ফ্রা খুঙ্গংগি সম ছইয়োই অরুম পৈ তাব কনাদম্নু য়ুম পানব য়ারোই হায়রম্মে। (কপ্পি)

কুমার— বংন করি খুমথিবা?

সা— ঐন কোম্নুংদ লৈব হৈনয়োই, হুংডাইব রায়েম শুব তনব

ওমজয়োই হায়রুরে, অছুদ চৈরম্মিবা, মুনি হাংকনি হায়রম্মিবা।

কুমার— ইস, করি য়ানো অছুদি সাবিত্রী ? (তুমিন্না ওহাক লৈরগ) তাইবংপানসি ইমম হেক মম্মিদা ঐগি মীৎসিদা। নহাক য়াওদন খুঙ্গংসিদ, নত্তে তাইবংপানসিদ ঐ করম্না হিংগেনি। ঐস! ঐ হিংদ্রেদনা সাবিত্রী! প্রজয় হায়বত্থ কয়া য়াম্না য়াংলিদগে ? ইস, ইস, তোক্লেদনা মাংলেদনা! ঐন তৌরম্বা আশা ময়াম। ইবানী লৌ কন্না উমিন্নবা, ফোবোৎ ১০০ লোকপা কুন্দং চানব থাক্লগা ৮০ না তায়বদা কংলক্কদৌবা লুপা লিশিং অহুমছুনা লৈগে খল্লম্বা পোৎ ময়াম নংগি সনরিক নক্কি নরোল, মুপা ইম্নফি ইস, ইস মাংলেদনা ঐদে!

সা— ঈন চিংবদ, লৌ থাউবদা, জগোই খুরুম্বা লীলা য়েংব চৎমিন্নবদ ভাংনখিব য়া; শামিন্নখিব য়ারী করম্না কাউদগে ঐ খওদ্রে, ঐ খওদ্রে! ওম্নোকপনিদকো মুপী ওইন পোকপ তোল্লিদকো। করম্না কাউদগে হায়নখিব য়ায়াম্নদো।

কু— নোংম মেরাথাগি ফজরব থাবলদনি, ইবানী জগোই য়েংব চৎমিন্নরুবা ইরোই চীপাংবীছুদ তোংমিন্নরগ, মছুদ ইবানী করি করি হায়নখি ? নং কাউরব্রা সাবিত্রী ?

সা— কাউদে ঐ ওসি ফাউব নিংশিংই। নংন হংখি : ভশেংন মুংশিসিরব্রা হায়ন ঐওোন্দা। ঐন খুমখি মুংশিব মুংশিদবদি

থওদে, হুন্দক মপোকসিদদি নভোন্দা নত্তুনা কনামতদা ঐ য়ুম পাগ্নরোই হায়খি।

কু— মত্থুগি ব্রাথন্দা লাইরব পাখও ঐ তাইবংপান্দ স্বর্গ উত্থন হন্নাউনা পাম্লকই হিংলকই। মত্থু ওসি শোয়ব তারবদা ঐবু করম্না হিংদগে সাবিত্রী ? (কপ্পি)

সা— কপকহু পার্ম্মুবা, হুজিকস্তু মতম লৈরি পাম্বে অম থিসি।

কু— মত্থুবু নংন লেপ্পবদি থব্নাইগি মবেম্মা কুম্নাব্লনা কিগদবা তাইবংপানসিদ লৈতে। নিংথৌগি স্নায়াথংনা ষ্টকোকসি হোন্নাইন থায়সন্থু, সাবিত্রী লৌগনি, কনাগিস্থু ওইথিব য়ারোম্বই ঐগি সাবিত্রী।

(চাউতোম্না অমুথোয় অমস্তুং মমৈগ লোয়ননা ব্নারী শাত্থনা চংলকপ মথোল তাবদ কুমান্ন চেল্লগা অমুক লোংথি হান্নগুম।)

চাউ — হায় সুপীমচা সাবিত্রী, ফক পুংথোরকউ, অভম অথৌ লেং-ওক্ষই হায়। করিমতা হঙ্গোইবিন্থু লেংশিল্লকউ ইনাওস্থু য়াম্মুংস্থু, অহল্লম্মন লৈতে, ষ্টচিন ইকপুব্রাদ লৈক্ষে।

অমু— তাদগি হিঙ্গোর্ল সীমানাসিদি কদায় ফাওবনো ?

চাউ— অল্লাং অসোমদনা সম্বন উরিবসিনি, মথারোমদ পাং লৈরে, নোংপোক্ত তুরেঙ্গনি, মনীংলোমদ সাবন লম্মাং অত্থুদগি নারক লৈথ্রে।

( সাবিত্রীনা ফক থাবত্থুদ মমৈন ফমথি, অমুথোয়না সাবিত্রী হায়কেং উবগি পোংলত্থনা ভাংই, সাবিত্রীন শক মুংশিন্দনা তায়)

অমু— মনীংগি লন্দ্মাংসি তাদন ঙম্বমথৈ পাক্পা লৌ কোকপিব য়ানি ! মখায়োমদ লৈরিব পাৎসি কনান চারিবনো ?

চাউ— অতোম্বোই ইনাক খুনবসিবু পাংকি খাজনা তোনদ্রাও ?

মমৈ— তোল্লি য়াম্না করিগিনো ?

অমু— অতোম্বোইগি মমিংহু ককথৎলগা তাদ চাউতোনগি মমিংদ ওনসিনবসিবু লুপা কয়ান য়াগদগে ? ঐ পীজগে পংম্নাম য়ামহনবিগনু ।

মমৈ— লুপা ৩০০ না য়ানি নখোয়গি ওইরবদি ।

অমু— ফরে হয়েংদগি তাদ চাউতোনগি মমিংদ পানবিরো ।

চাউ— ঐবু হয়েংদগি পাংসি ঙা ফাজবা য়ারদ্রাও ?

অমু— ননীঙ তম্ব য়ারনি, অতোম্বোইগি মীন ঙা ফারবদি ফানু হায়য়ু, লমংহনবমথৈ মখুং পুল্লগ কোনুংদ পুখৎলকউ ।

চাউ— কোনুংদ করি হায়ন থিরক্কদগৈ ইঙো অঙম্বু ?

অমু— কোন্নুংগি চুম-শো পায়ব অমুখোয় খুবোম হায়রবদি খিবা ব্নারোই । য়াম্ব অথোবসিবু উন্নবিনিংঙগ মমৈ পাম্বোম হায়রগ লোইরে ।

মমৈ— সুপীমচা ইবেম্মা নংদি নমিং করি কৌই ?

সাবি— ননাই ঐ সাবিত্রী কৌজে । (ইকাইন চংখি )

মমৈ— নশক্পা নমীংগ চানৈদনা । ইবেম্মা নং অরেম্বদ মাংব য়াদে হায়, অহল লম্মন্না হায়ব ইল্লু লম হেনগনু, নমল কাহল্লুকো ।

চাউ— হায় সুপীমচা খুদোং হাল্লকউ, চান-থক্রবদি জাইরবনিন করিমত লৈরিরোইদো ?

সাবি— থক্লবদি কওক্র হাল্লকপা তারে তাতোন।

মমৈ — মতুম্নু ফন হাউবনি, থক্লবা হায়ন্নু ফান্নব হায়রু।

অমু করিস্নু লৈতে ৫নী ১০নীদ হেক্ত হৈরক্লনি, থক্লনববু হায়-রবস্নু হাউরগ লোইরে।

চাউ— হা-নবদি, লফোই পানগদব লফু পাম্বীহু সন্না মতোন চোং-খংপগ থংতুন চাখিদো। চু থর থাজে মীগি হিঙ্গোলদাদি পংফ মফৈ ঐখোয় হিঙ্গোলদ ঐনবু থারবদি সিঙনাওমুক্ত চাউই। মসিন ঐ লোমীগি থবক অসি পক্লদ্রমানে খল্লে য়াম্বগৌবা।

অমু— তাদ চাউতোন্নবু কোনুংদ থবক তোগে হায়রবদি ফম য়াম্নঃ হাংই। তামমৈ ইবানীন হাপ্প ঙম্মি। য়ুমসি তা চাউ-তোন য়েংব মুংডাইতে চেক্লা পামত্রা মুংন পামত্রা অন্ন হোগংনব তৌসি, যাত্রা হুন্নব মুমিং অফব অম য়েংবিরম্মু হগেং। য়ুম মওংনা করম্বা পাম্মি মুপীমচা ?

সাবি — ননাই ঐদি হান্নগিসি মুম পামজে। তাতোন চানবদি হুন্নাই মজল থর ডোগত্রা নত্রগ চেং কবোক মেরুক অমরোম পোক্লত্রা? ( কউক্র পীরৈ )

মমৈ— ( লোরগ ) পোকউন্নু ডোরুন্নু য়ারনি। ঐখোয় মজা ইবেম্মা খিব চংলুখিদোবনি খেংখ্রে। ইবো চাউতোন, মজা ইবেম্মা লুপা স্নাসি নখোয় শুন্নাইদ কনাগুম্বা মহৈ হৈব নিপান ফাহুন লোংতুনা থম্মি হায়বকাদি তাদেকো ?

চাউ— তাদে য়াম্ব পৌবা, মতুবু খণ্ডবদি ফারগ কোম্লুংদ থিঙ্গৎ-তুনা নিংথৌগি মনা পামজরিবনি।

অমু— তাদ চাউতোন! শেল অচিনব লুপা ৪০০ রা ৫০০ রা কয়ানো খর পায়গেরা লৈত লাইরা কোক্লবা? অছুগ মুপীমচাগি মফি মরোঙ্গ অনৌব ফজব জাৎ, লিকোলস্থ খর লৈবিনবা—নত্তে, মতম মাংহনব য়াদ্রে হুজিক কাঙ্গসি, ভাৰস্থ হেক্ত তানসিনে য়াহৈসি খিংতনা?

চাউ— ইভো অণ্ডম্ব, ননাই জ্ঞান লোইন তাক্তর জাৎনি বা শিৎ-তদা, লাইরমন্দুনা ঐবু মীন থানবিদবনে!

মমৈ— অছুদি ইবুংঙো অমুথোয়, থবক অরুব য়াংলিনে চৎকদবা ঐথোয়বো?

অমু— লেংভসি তামৈ। তাদ অস্থুবাইদ ওহাক্তং ······ ······
( মমিং খৎতুনা চাউতোন পুখি, মমৈনা মাং থাখি, অমু-থোয়না লোন্ন শেন ময়োম অম চাউতোন্দা পীখি, বারী শারগ থিন্দোকখি। )

চাউ— কন্নিমত চিংনস্থ অণ্ডম্ব ইবুংঙো, ঐ শোয়ব মী নত্তে, ঈশ্বরন সাক্ষি, ঐগিদি হায়খ্রগ লোইরে এক জবান।

অমু— মদুদনি তা চাউতোন, নিপামচা ঐথোয়গি হায়ববু।

মমৈ— থা অমগি মম্লুংদ হুম্লিদ্দি হৌখ্রেদো অমুথোয়, মুম্লিৎ ২৭ নীদ ডায়রেদো ইচিম্লাও।

অমু— তাদ মমৈ ইবুংঙো, মদু ওহাক্ত নীংশিংলকাখিল্লু-বা। নত্তে,

শিগদব থৱাইনি, মতম খৱ ক্ষংলিডৈ অঙম্ব মচিং খৱ-
দম্ব মুংঙাইহোব কৈ হায়বনি।

মমৈ— ঐগিদি বের লৈতে. নথৱাইনবু, য়ারবদি ঙম্বিবমথৈ মুংঙাইনব লম্বী শেম্মু ; ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউতাক্তে, হে তাইবং মী, মুংশিদকো নথোয়গি তেল্লবা পুন্সি !

চাউ— থবক্তি ইবুংঙো অঙম্ব চেল্লগ হোংবনা শম্ব তায়নে, দোষ পুম্নমকম্ব কোকপা পক্ক ৱাইন য়েংউরগ পাঞ্জিনা অমুক বেরা তৌইন্দো শরুক।

অমু— তাদ ইবুংঙো মতমসিদ অকোইব থবক কান্নদে, হয়েং-মক্তি নকমল্লে, হংচিংসিদ থবক পাংনব তৌরসি।

চাউ— কৈ, ইনাওসিদি, হংচিংতগি মীংগৌভম হোংদোক্সি।

অমু— ফনি ইবাইবু (চংমিন্নখি)

সাবি— ও', চংলব্রা কৈরিব্রাও চক্ত.ইকুম ?

কুমার—হাও, ঐবুরাও কোন্নুংদ ওংবী। চক্ক ফুদিং নীংশিংলিব্রাও দোলান্দা চাকতাবী ?

সাবি—ঐঙোন্দা শাউরিবত্ত চুম্মিব্রাও ? ঐগি ইরান করিনো ? ঐম তৌরিব্রাও ?

কুমার— নংন নত্রবদি কনান ওইদগে ?

সাবি— ঐথোয় তাতোন্না নংমনবত্তুদ কোজুংদ ওংলগ থৱ ফগত্রা হায়ত্তুন তৌজবনি, ঐঙোন্দ শাউরিব করিগিনো ?

কুমার—নংবু কনান কোম্নুংগি মীন পাম্নব নশক ফজরম্মু হায়বগে ?
ঐ ইথন্দৈ ওইজগে হায়রগ নংন অভম্বশিংত্তুগি মমাংদ নমল কানব করিগি কংক্রু হান্দুনা পীথকউই, হন্নাইমঙ্গল ঙৌত্নুনা পীজরুই ? ( কপ্পি )

সাবি— য়ুমদ মী লাক্লবদি নিংথৌ খড়দে চাকনিব খড়দে, মতীক চাব ব্যবহার উংপ হৌনৈয়ে লৌরাই নিপা। অত্তগি কপ্পিব্রাও কপচেংপা !

কুমার—অস্নুক কুইনা পিশক পিক্লিডৈদগি অন্না অনা লৈত লাইর থল্লুদনা মুংডাইজরম্ব। ঐগি ইকোক্কা নোং খাক্কন বজ্র তাগনবিরগা করিগি কপ্লোইদৌরিবনো কোম্নুং ওংবী নোকপ হৈবী ! ( ফাগী নত্তনা কপ্পগি মতৌ )

সাবি— কদায়দগি তারকইব বজ্রনোনে কপচেংপা ?

কু— কদায়দৈ ওইদগে কোম্নুংদগি।

সা— কোম্নুংদবু বজ্র লৈব্রাও বত্ন ?

কু— নবুংনদি নংবু হৌদোংমচ গুম কোম্নুংদ য়োনখিদৌরে, ঐবু নোক্কন লৈহৌ হায়ব্র ও ?

সা— ঐ ইশান য়ারব্রাও ? ঐবু হৌদোংমচারাও ?

কু— নংবু য়েনাক খুনবা, য়েঙ্গাং হাউবা সনা শিব দলান মথক্কা অথাকপ খুম্নুগুম নশা ফন্দুনা ভন্না লৈব পামদ্রাও ?

সা— মত্থনা ফন মুংডাইদনবু মুংশিব মাগি মতুং ইনবা, চারে চামিম্নব হেল্লে হেনমিন্নবদগি হেন্না মুংডাইরম্বা হৌনব্রাও ? মুপী ইথোয়গিদি থরাইনা তারগ লোইরে ইবুংঙো।

কুমার নংগি নথল্লাইহুবু কোন্নুংদ তাৰিব্রা লৌবুক্তা তাৰিব্রাও ?
সাবি—কদায়দ তারমদগে নশান ব্লাখল তৌও।

কু— থঙেও হবেম্মা, কান্নব্রে ঐ। ব্লারৌম্নু সাবিত্রী, ফাগী কয়া ভৌনখি, শাউনম্নুসিকো। নৱাইবক ফৰী ওইয়ু, ঐ হল্লে।

(চৎখি)

সা— অমুক্ত গাইবিখো, কৰিনো অম চিখহৌরে।

কু— (হঙ্গিল্লক্লগা) কৰিনো কৈস্নু চিখহৌদেনা ঐগিদে—কোন্নুংগি ওইরিব্রা ?

সা— ঐ চিখহৌরে।

কু— হৈমা ! ঐগি ইতুং ইনগেরাও ?

সা— ইন্দ্রবদি মীন কোন্নুংদ ফাহুন পুখিরোইদ্রাও ?

কু— (মখুদাং চেন্সিন্দুনা পায়রগ) অহুদি চেল্লসি, ?পো হায়ব্রা পম্মু হায়ব্রা ?

সা— ইখোড পাঞ্জে ইবুংঙো। (চেনমিন্নখি মনীংলোমদ)

---

# ৪ৰ ডাংপ

(কোন্নুংগি হৈকোন লৈকোন্দা হকচীক লাংহুনবা নিংথৌ মহেন্দ্ৰ চৌকি অমদা ফম্মি। নিংথৌ শেল্লবা লাম্মী কেপ্তেন বোদীগার্ড অমন দময়ন্তীবু নিংথৌগি মনাক্ত পুশিল্লি। দময়ন্তীন নিংথৌদ তান্ন খুৱুম্মি।)

মহেন্দ্র—দময়ন্তী নংনা মাইবী শেলহুল্লুবদি করি করি হায়রকপা ? শন্না তম্মু ব্রা মচংঙাক্ক।

দম— মজ্জা ইবেম্মন মাংউবহু দশাননি হায়রকই আজ্ঞা। ভূতনা পুব, হেলোইন চেনব হায়নব অহুগুম্ব ওইরমানে।

মহে— লুপা স্নান তম্নম্ব পাউহুগ চানব্রাও? মাইবীহু মচীন থীব্রা হায়বনি ?

দম— ওথাক চুমমানে খঞ্জে ননাই ঐদি। অহুবু মজ্জা ইবেম্মনা তম্বীরব পাউনা লোইনা ময়েক শেংনা তম্বীবদি নত্তবনিনা কম্না হায়জ্রবদি ডমদ্রে।

মহে— হায় কেপ্তেন !

কে— আজ্ঞা স্না য়াথং ?

মহে— ঐগি ইচানুপীহু কোরু। শাউহল্লক্কম্নু থেমহুন পুরকউ : ঐ ব্রা হংগে। ( কেপ্তেন চংথ্রগ )
করি থৌ তোরগ, লাই তীন্দা করি করি ঈড়াং পূজা তোম্নগ মুপীমচাগি দশা লাংভম ফত্তব পুম্ব কোক্কনি হায়রকই— মাইবীনা ?

দম— শ্রীযুৎকি কর্ম্মযুগ তায়। মজ্জা ইবেম্মবু মতীক চাব মশান পাম্ব বরদা লূহোংবিরগা দশা কোকপা য়াই হায়জরকই।

মহে— চুম্মী মহুগি মত্তম্নুদি চারনি। নংস্নু চহি ৩০ হেল্লরিনি ? নংন মুপীমচাদৈ চহি কয়া হনবনো ?

দম— ননাই ঐন চহি ২ য়োম হল্লি হায়নৈ, ঐগি চহি ৩২ শুক্ষরে, মজ্জা ইবেম্মনা ৩০ শুরম্মনি।

মহে — মহাক্না পাম্বা নিপা কনা কনাদি লৈ নংন খঙবা ?

দম— ননাই ঐঙোন্দদি অমত্তা লৈত্তে।

মহে— মচীন কয়া থীরিবনো ? নখোয়নী তিন্নরগ করিগি খঙদ্রিবা ?

(দময়ন্তীনা ইকাইনা লৈরিঙৈ, লুপাস্না কে·না থোরকই, কেপ্তেন্না ইন্নরকই। মপাবুংদ খুরুম্মী।)

মহে— মুন্না তারগ অশেং অশেংব না খুম্মু নুপীমচা। নং অঙাং নত্রে চহি ৭০ শুরে, পুন্সিগি অরুব থবক পায়খংপ তারে, ঐ অহল ওইরেদো। নহাক্ন নহাল মাংউবত্থু কনানা পুবনো ? নশান য়াত্থুন চংলুব্রা ?

লুপা— লম য়েংব কোয়ন চংলুবনি। ঐবু মখোয়না ফাত্থুন পুরুবমক্তি নত্তে।

মহে— নিপাশিংত্থু কয়ানো ? কনা কনানো ? করি লমদৈনো ?

লুপা— মখোয় অনীনি, ঐদি মশক অমত্ত খঙদে, মরোলস্থু খঙনদে ঐগ, ঐখোয় লৈবাক মচাস্থু নত্তে হায়না নীংই।

মহে—মখোয়না নংবু অমুক থিনবিরকপ্রা ? নংবু থীনা তৌব্রা ?

লুপা— নিংথৌগি মচানুপীনি হায়ত্থুন ঐবু মখোয়না লূনা তৌই ঐবু কি। মখোয়না তুম্মিঙৈদা লাইওই মীওইনা তৌব নিপা অমনা হি মচা অমা পুত্থুনা লাক্লগ ঐবু থিনবিরকপনি।

মহে— নিপাত্থুদি কনানো ? কদায়দ লৈ ? মশক খঙব্রা ?

লুপা— নিপাত্থু মশক অশেংব তাক্লমদে, লৈভমস্থু তাক্লমদে, লাইওই মীওইনা তৌব্রা থক্তে।

মহে— অমুক্ক মশক উরবদি খঙব ঙমগগ্রা ?

জুপা - উয়ু উনম্নবদি থঙজনি নৌঙই।

মহে লিংথৌগি মনা পামদব করম্ব অভাউব ওইরিদগে নিপাহুবু! ঐ ঙসি য়া অম হায়গে নহাক দশা কত্তে হায়রে মাইবীন দশা কোক্কব নহাক হয়েংলা হংচিংলা লুহোংব তারে।

জু— হৈমা! কনাগ হোংগদবনো পাবুং?

মহে— হয়েং কাওবগি মঙ্গদা নংন অপাম্ব নিপা লৈজরগ পুথো-রকউ লৈবাক ময়ামগ মতীক চায় চাদে হায়ব ভাম্নবা। লৈত্রবদি লৈবাক য়াব নিপা সেনাপতি বুদ্ধিগ লুহোংব তারে হংচিংমক।

পাউ অসি কেপ্লেন, লৈবাক্কি অতম অথৌদ থঙহল্লু, প্রজা শিংদস্ত শগোল পাউ চেন্দুন থঙহল্লু। হয়াউ কুম্মে জগোর ইশৈ মান মান হৈব লম অমদগি উংলো হায়য়ু। (চৎথি, কেপ্লেম ইম্নথি। মঙ্গাইবেম্মন কমথছুন চিন্তা তৌহোই, মতৌছদ সুংডাইত্রবী মনাই দময়ন্তীন্দু কম-থহন চিন্তা তৌথ।)

জু— (দময়ন্তী মনঙ্গন্দা থুংতুম্ন ভুরগ) নংন চিন্তা তৌরিবহু করিগিনো?

দম— ইবেম্মন চিন্তা তৌবদ্ধদ ঐস্ সুংডাইতহুনা চিন্ত তৌজবনি।

জু— নংন পাবুংদ করি করি হায়জিন্নুহুনা অস্নুক থুন লুহোংনি হায়রিবনো?

দম— ননাই ঐদি মাইবীন পরপ পরপ মমুম পালহল্লু দশা কোক-নব হায়রকপতুদমক হায়ুজে, থেজ্জোয় হাপচক্লে। লুহোংব

মতম য়ৈথংপাসিবু করি কায়বগে মজ্ঞাইবেম্মা ? সেনাপতি বৃদ্ধি মতীকচাব নিপানি, মহৈ হৈ মখোনা কৈ। টবেম্মগি লম্নাই লৈবিরবস্তু পুথোরকউ ভাকপিম্নি শ্রীযুৎনা।

লুপা— ঐদি নংগি বৃদ্ধি সেনাপতিত্তু পামদেনে, ঐন লৈনিংব নিপাক্কন ভারা হীশিংলা মকম থঙ্‌ভদ্রি। নংন ভারিথ য়ৈথংপিক্করিববু করিগিনো ? অদোমগিস্তু পন্থদনব্রাও ?

দম— শ্রীযুৎকি স্নায়াথং লৈবাক ভাব য়ানবনিন ব্রাদি ব্রারোবিম্ন মজ্ঞাইবেম্ম ঐ ব্রা অম হায়জগেদো ?

লু— করিনো হায়্নে ?

দম — সেনাপতি বুদ্ধিসিদু মজ্ঞাইবেম্মনা কয়া য়াম্ন পাম্বিদ্রব জাৎনে ?

লু— পাম্বুদি মপাম্মি হায়বব্, ঐগিত্তুনা য়াম্ন হেল্লি। অম্লুক ক্লুইন য়ুম পান্দন থাংলবদ ইথন্নাইন ভাব নিপাদ লৈতন করম্ন মঙোন্দ লৈসিগে পাবুংগি য়াথংনি হায় হান্নক্কনস্ত্র।

দম— শ্রীযুৎকি স্না য়াথংস্তু কায়দনব মজ্ঞাইবেম্মগি আশাস্তু— অরেম্বদ ভাদনবা ননাই ঐ ব্রা অম হজ্জংকেদো ?

লু— হুজিক ফাওব হায়দ্রিব করিগিনো ?

দম— অত্তুক কব, মতীকস্তু চাব সেনাপতি; মজ্ঞাইবেম্মনা পাম্বি-দবসি ঐদি ভকখ্রে। ঐখোয়দি সত্য পামখ্রেদা।

লু— নংবু মঙোন্দ থাজবিব্রনি, ঐগিদি মতম থব্ন য়ৈখোকপিখো হায়ব য়াগদ্রা পাবুংনি ?

দম— ঐপিদি য়াজনৌং হায়বদবু পাবুংন স্নায়াথং লাউথোকপ্রবদু অমুক হাঙ্জনবিয়ু হায়বসি য়াবিনি থাজ্জদে।

নু - অদুদি কমদোসি হায়বা? ঐবু অমুক মাংখ্রো হায়ত্রাও নংন চানবিনদগি?

দম · কদায়দগি মজাউবেম্মা! ননাই ঐ অমসু অমসু কায়দনব স্না অম হুজংচগে।

নু— মথু কম্নিনো হায়রোনে?

দম— স্নায়াথং কায়দনব হুংচিংসি ইংবেম্বগ সেনাপতিগ নুহোং-লব। সেনাপতিদনা অশেংব তাক্লব মজাইবেম্বগি ইবুংঙো অম লৈ মথু লমক্লগ নং ছুটি চংচখো, বেয়া তৌয়কনু হায়রবদি কমদৌই?

নু - অছুদি ঐদি অনী লোনব তারে? নত্রগ অনী শুব তারে?

দম— মঙাম্থু নত্তুন অনীবু কৈদৌই হায়বগে?

নু— পাবুংন য়াত্রবদি, অদুগ সেনাপতিন য়ানিংত্রবদি স্না য়াম-মকওইত্রাও?

দম— সেনাপতিদ হায়নব তারে হায়, শ্রীযুৎ গৈরিকমথৈ স্না-য়াথং কায়দনবা স্নামাংদ মহাক নুপোংলব, মমাক ইবুংঙো শাবগি ওইজ ওইথক কমথোন মান লোইনা ফংজব, অদুগ মজাইবেম্বগি ইবুংঙোয় লেংলক্লগ মান পেজিন্দা চংচখিব। মাম্থু য়াব য়াইদা মীংচংক্লিদমক।

নু— য়াত্রগ তোকসনু, অওইবনি হায়দুন অমুক্ত য়েংসি, হুংশি মতুংলাংগি ইকাই ইকি হোৌনব হোৌনদব থিব য়াদে। নং সেনাপতি বুদ্ধিচু অমুক্ত কোৱ, লৈকোনসিদ।

দম— ফনি মজাইবেম্মা। ( চংখি )

লু— ( হৌরং ভন্দা চংলগ ) পাবুংগি স্নায়াথংন্দু হিক্তোকপা য়াদে, ইথবাইদ পামজন বিপা চায়াই অহুদ লৈভবস্তু য়াদে মতম চান ইবুংঙো মান লেংলক্তনি পাবুংব খুরুমনি শায়বতু হংচিং য়ৌত্রিভৈদা লেংলক্লবদি মকৈমকো— মহুদি নত্তুন সেনাপতিদ লুহোংলুবব মতুংদ করিগুম্বা লাকপ খোক্লবদি মান ঐবু করি হায়দগে ? ইয়াচবক থীব হায়গত্রা পডব হায়গত্রা ঐসি নিংথৌগি অমত্ত পোকপী মজাইবেম্মা ওই-রবফাওব দুংঙাইব কংনেদা যে ঈশ্বর! ( য়াথজ থক্নি ) মীচম সুপীবচান্দু নত্তন ঐবু অপাম্ব মীশক্ত য়ুম নাইনন তোক্ত্রগ ও? অগুদ লমন পাবুংথোয়না মীংব খুংনব ঐহাক হিংলিত্রাও ? অত্তাঃ অপীকপ নত্রবী ঐবু মীন হায়-বদ ইনগত্রাও?

( সেনাপতি বৃষ্কি লাকই )

সেনা— খুরুমজরি মজাইবেম্মা! ( মখুং লোনৈ )

লু— সেনাপতি স্নয়াইদ চংশিন্নকউ, ঐন য়া অম তাননিংহুম ঃকৌহনখিবনি।

সে— করিগুম্ব তাকপিগদবা ?

লু— শ্রীযুৎকি স্নায়াথং, ইবানীবু হংচিং লুহোংও হায়রিবত্তু নহাক তম্রত্রা ? নবুন্নীংদা মহু করম্না থান্নি?

সে— ননাই ঐ তাজয়ে। য়াম্ম ওক্না হবাউনা তাংজ। অহুবু ঐন কিজবদি ইভীক চাদবন মজাইবেম্মন করি খনবিন্নমদগে সিনি। ঐগুম্ব করিসু লৈতবনা মিনিকোইগি সিংহাসনদ কাব য়াগদব খুদোংগাব ফংজবদি তম্ব থোক্তুব লাইবক্নি।

স্ন— শাউবদি শাউনস্নসি প্নক্নীংদ লৈব অশেংব ব্না হায়দোক্নসি, মতম কুইন চানন্ববা ঙথুপ্প ব্না থম্নন্নসি। নহাকি লম্নাই মী অইতেন থডদব হুংশিনব লৈত্রা ?

বু— কনামতা লৈজদে। পিশক পিল্লিহৈদগি হৌজ ননাই ঐন, ঐদ নত্তে, মিনকোইগ পাথড অয়াম্বনা আশা তৌনরিবসি মজাইহেম্মবুনি : মতু নত্তব অইত্তে অমত্তা ননাই ঐগি থম্মোয়দ লাংচদে ·

স্নু— ঐগু মমাংইদদি কনাবুম্নু ঐগি ওইজগ খল্লুব ঙম্নদে। ঐন হন্দক মাংউবদ্দগি মীওই লাইওই তৌব ঙা অম থেংন-রকহ। মতুদ ঐ লৈগে খল্লুরে, অশেংব হায়নি ঐ থুপ্নিংদে। নহাক্না চানাবদুন ইতেং অমত্ত পীবিব ঙমগদ্রা ?

ব— কবি ওইরবনো তাকপিয়ু. ঙভস্বমইখ ইতেং পীজগনি।

স্নু— পাদংগি হ্মাথং চারুব, ইবানী হংচিং শুহোংব তারে মীয়াম স্নাংদ। নিংথৌন পীব মনা মথুম ওইজ ওইথক মমাক হবুসত্রো ওইবগি নহাক্ন লোইন ফংব য়ানি। হংচিং ফাও-বগি মনুদ লাক্নি থাজত্রব ঐগি ঙারাইদো, মতুন তুংদ লাক্নবদি নহাক ঐবু শাউব য়াদ, ঐহাক মাগি ওইখিনি, নংন পেন্সিন ফংব তায়, শাউগন্ন মতু নং য়ানিংত্রা ?

বু— ( খল্লগ ) স্নায়াথং লৈবাক তাব য়াদবজিন মজাইহেম্মন পাম্বীব মতুং ইপ্ন ননাই ঐ থোগজ তৌগনি।

স্নু— মতুদি য়াম্ন ফরে অথোবা, ঐন য়াম্ন ব্নাই চিন্নম্ব ব্নাফম্নসি

নংন ইরায় লায়ন মচা খায়বিরে। য়াম্ন নুংঙাইরে সেনাপতি, লাও ঐগি বাঙ্গলাদ চা থকউসি।

( কোম্ন মথুং পায়ছুন পৃখি, সেনাপতিনা হঙ্গোইম, হরাওনা মভুং ইনখি। )

---

# ৫ব উংপ

( নিংথৌ পাউজেনব ধুলোক খিল্লগ লাউথোকই )

ভাবিয়ু স্নিনিকোই ঈথংকি নুংশিরব প্রজা পুন্নমক! ঙসি মজাইবেস্মা লুপাস্না লুহোংব নুমিৎনি, হরাউবিয়ু। মান মান হৈজব ঈশৈ জগোই, মল. মিত্রং,, লীলা পালা উং-পিরব য়ানি। মতীক চাব দক্ষিণা ফংবিনি, অথুম অহাউ চাব ফংবিগনি নহান মখৈ চাক পুক থনবিত্রবস্নু ঙসিদি থন্ন চাবিরো! অনানব অরুব ফিরোল শেং.হন্নব লৈবি-ত্রবস্নু নিংথৌ পুক্কেদগি লৌবিরব য়ানি।

ব্রা অমত্তংগা :—

লুহোংব য়েংব লাকপিব কাংবুন নোংপোক থোংদ চংবিয়ু, অন্নাং থংব মাঙোবতা লুহোংবগি কুম্মৈছু য়েংবিরগ, অমিং থংব মাঙোবতগি অথুম অহাও কবোক হৈবোক চাবিখো অহুদগি দান দক্ষিণা পায়বিরগ মথাখোঙদ থোকপিখো।

( ঈশৈ, জগোই কুম্মৈ থর উংলি )

—নুমিৎ ভাখ্রে—

(লুহোংব লোইখ্রে) কেম শাংচরবী লুপান মনাই দময়স্তাগ

লোয়নন য়াওংশংদ লাকই ব্রারী শাত্নন। ব্রারী শাবদি তাদন স্নুট শেৎপ আত্রমেরী য়েৎপ লুহোংব লোইবদ চায়রিব সেনাপতি বৃদ্ধি ব্রাকীং স্তীক অম পায়রগ লাপ্ত ইন্নরকই, ব্রারী শাবত্নদি তাব ফংদে। ইকাই ইকাইন অত্নম ইন্নকই য়াওংশং তান্ন।

দম— (ভুংহন্ন য়েংউরগ) করমো মজাইবেস্মা লুহোংব লোইরে লুমিৎ তারে: অত্নু মমাক ইবুংগো সেনাপতিসি মমুমদ হনগে হায়ত্রে, ঐথোয় ইতুং ইনন্নুন য়াওংশং য়োরক্লে। কমদৌনি?

লু— য়াওংশংগি অকোয়বদ লৈরিব হৈকোন লৈকোন ফাওব চংত্নন য়েংব য়াই। মুংদাংদ য়াওংশং বাঙ্গলাদ চংলক্পদি য়াদে হায়মু। ঐন মহান্ন মভোম্দ ব্রারোল পূম্ব শুগায়ন তাক্লবনি। মত্নমক্তন নিপাগি অনমকনব ইকাইব থঙদবত্ন উৎলরবদি চোপচব হায়ত্ননি ঐগি ইরাল নত্তে।

দম— অস্নুক ফজরিব মতীক অস্নুক চারব সেনাপতি বুদ্ধি, মপাংবুংন য়াত্নলস্নু লুহোংলব নিপাসিবু পামদত্নন ভায়বিরিব তন্ন নিপাত্নবু কয়া য়ান্ন মতীক মগুণ লৈখ্রব ওইরিগবা?

লু— নংগি নথো করি লৈবগে, ঐ নিংথোপি মজাইবেম্মনে, অপান্ন নিপাদ লৈমিয়ে। নংন পামজরপ সেনাপতি বুদ্ধি মতীক লৈব শকহেনবসি নথোয়দ থম্ন পুবিথো, য়ারকপ য়াই ইকাইথাং ওইন।

দম— অঙকপনি অঙকপনি, হে মুংশিব, নংন তৌব ওন্ন শক্তিসি অঙকপনি। মুংশিব নংগিদমক শিংলব জ্ঞান লৈরব লুপী

হু— ঐ কাউজরদে। মংগি য়াথল নচ্চদে, মুয়াইদ মুম হয়, চানিংঙ্গুনু তৌপ্রধনি। লুহোংব মুমিংতা ইথন্দা লাপ্ন চং থোকপদ মী অউবন উখ্রগ শেরান তুয়ান থনখিত্রা হায়রন চংখোকচদবান। ইনাক খুনব চাউথংপ লৈবাক অতৈ-দদি লুহোংব নোংরিবৈগিসিদি অনৌব অনৌবীচু কার তোং-নিল্লরগ কেনা শেং চাহুন ১০না ২০নী লুংভাইরব লম কয়া য়েংব কোয়নরিপাংনি। নঙ্গু, ঐন চংলুসি হায়বগি য়া নচ্চদে।

লু— ঐদি তুক থরাই লুংভাইতব অম লৈহুনা শংজদ্রে। কনা-গুম্বী অমগ চংমিল্লব য়াদোব লৈরবদি, অরাপ্প লমদদি শকমু খঙদোব লৈতে. ঐখোয়গি দময়ন্তীগ লেংমিল্লব য়ারবদি পুবিথোও, মারদি য়ানিয়ে।

হে! মাগ ওইরবদি চংচনীংদে। ঐগি য়াদি থনবিরুম্মুদা লাপ্ন চংখোকচনিংদহুনা তৌংনি।

হু— ঐন হায়ব নিপাহুন লাকপ থোক্কুনা খেংনবিব থোক্লবদি খংনব তৌবিরুম্মু লৈবাক য়া য়া লাউখিনিকো।

বু— এঃ, ঐ খংনজরোই করিমত্ত চিংনবিরুগ।

লু— অংদি য়ারেৌবিনু ঐ ডহাক পোখাজরুখিগে কোকসি চীক্লি চীক্লি তৌবে।

বু লেংশিনবিরো মজাইবেম্মা।

লু— ( চংখিবদ ) দময়ন্তী নং সে পাংতগ ডহাক্ক য়ারী য়াতাই শাহুন হয়া চারোহায় ঐগি ইহুত্তা, ঐ কোকসি চীক্লি চীক্লি তৌই অনহুনি।

দম— ফনি মজা ইবেম্মা। ( লুপা চংখ্রে )

ষু— দময়ন্তী, নংদি খড়িডনি ভাকউনে। মজ্বাইবেম্মা মুপান মুংশিরিব লোম্ল খস্মিব নিপাত্থবু কনাংনো? লৈবাক মমাংদ কোংন পূথোকপ য়াদব করম জীবনো? ঐহাক লৈবাক অসিগি সেনাপত্তিনি, সাম্মীপূম্ব ইথুত্ত লৈ, মুপাগ ওসি লুহোংলবনি অহল ওইরব নিংথৌ মহেন্দ্রগি মচুৎ শিলহোং-গদব নিপাত্থ ঐনি। নংবু শেম্বীগে অশেংব ভাকউ।

দম— ঐ গোইন খংজে, মজ্বাইবেম্মুনা ঐডোন্দ তাকপিদবনা ঐ উপায় লৈজদে। মত্থ নত্তব ঐন চমগাদোব করি করিনো হায়বিনীংবদ হায়রিম ঐ য়াজনি মমাক ইবুংঙো! মুপীন অসুম লম হেনবসিবু করি থম্মনো খঙদেনে।

বু— বেদ শাস্ত্রদ লাইরিক লাইগুদ মুপী হায়বসিদি নিপান হায়ব ইল্লবদগা মপুল্লিত্থ মহৈ য়াল্লিবনি। মুপী হায়সিদি মপুরোইবগি মম্মিশুম মতুং ইনগদবনি হিরম থূদিংদ হায়-নরিবনি। অত্থবু নিংথৌগি মচানুপী মান লমচৎ নাইত্রবদি মীচম অতৈন মাবু উশিংকত্রা? মহাক্কা লৈবাক্কি ফিদম ওইনব মরম ওকেদি হায়দনা চৎনরোগ কায়ন চৎলবদি লৈবাকসি অরাঅনা কয়া নংলব য়াই।

দম— অশেংবনি মমাক ইবুংঙো, মুপী ওক্তব লৈবাক্কা চাউখংপ হায়বত্থদি কুইব য়াদে। লঙ্কা তুমখিব মুপী হাক্তঙ্গিনি মহাভারতকি লান কুরু পাণ্ডব থেংনথিবত্থম্ম মুপী হাক-তক্কগিনি। ঐগি য়াদি মমাক ইবুংঙো ইন্সিনবদি নর্চ্চদে, মুপী মান লম হেনব হৌরক্লবদি পংকোয়ত্থম কোয়বিয়ুবা।

শক্তা লন্দা মহৈদ মতীক-মগুন্দা করিমত বাস্তব মমাক ইবুংঙোনবু সুপী অমগিদমক করিগি চিন্তা তৌবিবগে? অপাঙ্গদা হায়বিয়ু ননাই ঐ কৎচগে?

বু— জ্ঞান তারব, ইকম নাইরব লাইরিক হৈরব ঐন সুপীমচা অমগ মাগ্ননব ঙাউব য়াদবসিনি লুরিবদি দময়ন্তী।

দম— অদু ওইরবদি থবাই চাক চিন্তা তৌবিব তারে।

বু— ভাবদুদি মতুদ তারিবনি। সুংঙাইতত্থুন মখল্লরিব হায়ব-তুনি। খঙদেনে সুংশিব হায়বসিবু করম তৌরিব জাংনো?

দম— কনামতগ সুংশিনবিরক্সিত্রাও?

বু— ঐদি ইহৈ ভস্মিটৈ অহল লন্মন হায়ব ইল্লিটৈ সুংশিনব শংহোৌদবনিনে।

দম— লৈবাক পুবিদৌরিব খঙস্বমিন সুংশি সুংওনগি ব্রাসিদি থর খঙবিনব ট্রেনীং চৎপিব ঙৈক।

বু— কংদায়দ তম্ব য়াবগে?

দম— ইরায় লায় ঐ ভাকচগে, চা ফাল্লুসি চাকশংদ। মসিগি হিরমসি ঐ খর থর খঙজে।

বু— নংনা অথঙবমথৈ খাক্কন ঐঙোল্ল তম্বিরো অহুদি। দশা কোকপ মতম অকব লাকপ ঙাইথিব তারি অমুক। মীন থীন ঙাংনবিত্রবদি ইনীং ইথা তম্ম ঙাউবসিসু কন সুংঙাইব জাংনিকো!

দম— ময়াযগ মাগ্ননব হোৎনবদ তাইবংমীসিদি মমাক ইবুংঙো নিপা থোক্ক হিংব ক্ষংদবনে। মগ্নামদগি থিৎতং লম, হেন্দোক-পদ মগ্নাম থীন ঙাংনবী, লোইদ থাখি।

বু — অতুপ দময়ন্তী ময়ামদৈ লম চেন্দোকপ। তায়বসি পুমফং-ক্রব হায়রবনু অনৌ অনৌব পুথোরকপসি লমাহেনব কাংদন পুথোরকই। মথৌনা লৈব য়াওব্রবদি কনান থাদ কাক্লদগে, অনৌব পোং পুথোরক্কদগে? মরম অতুনা লম হেনব খ্বাইগ মাপ্পদবশিংবু খাম্বন চুমইত্রা থাদোকুনা মনীং তমহনবন চুম্মিত্রা লুরব য়াকম্নি লৈবাক্ত থম্নভম লোকপ।

দয়— তুপীন লমহেনবদি পাস্তদ, নিপানি খির ওর্বিথো ঐগি মোতনিকো। (চংমিথুখি)

---

# ওপ উপ

লৌরাই য়ুম চাউতানথোয়দ মামৈ অমসুং অমুথোয় লৈতব মথে শেং চারতুনা ওইনা পান কেরতুন, ফুরিংতা লৈকা থেংলতুন লাকই সাবিত্রী চেম্নুরগে হায়তুন থগ্নাই নুং-চাইন আপা চাউন লাকই মমডদ তাওতুনা।

অমু— নত্তে তামমৈ. ঐগি মীংনরা ইন্দক চেন্দোরিব তুপীমচাসি মশক থী হায়ব য়াদেনকো? কোন্নুংদ মাবু ঐগি তুপীনি হায়তুনা থম্বদা কয়ামুক চোপ্পদগে?

মমৈ— পাথী থীদে ফজ্জ অমুথেম্ন। নওোন্দগিদি মান য়াম্ন হেল্লি। অদুগ হায়দে হায়নি সুরাইদ ফজরিব শকসি কোন্নুং থৌ-রবদি হেক্ত থীজক্কনি, মতুমদি খওড়ু।

অমু— অং, মতুদি করিগি তামৈ?

ঐথোয় ইবাই চাউতোন্দু মবুকপু ওন্তোক্লা শেংখ্রে, তিন্নব স্নুংঙাইখ্রদোব মীনি তামমৈ।

মমৈ— মবুংনদি নংবু চান্নে হায়ব খঙলে নতাক নগুণ লৈম, তোব ঙম্বনিন। মচন স্নুপী সাবিত্রীমবু নংবু খর লুনা তৌত্রাও?

অমু— নহাব স্নুমিদাংম্নাই মথোয়দ ইচিন্নাও চৎলুরব মতুং ভরাং অয়ুক্কু মবুংগ ম্নারী শাগে হায়তুন কোয়থোকউই হায়ব কোম্নুংগি অত্রম্নালা শগোল কাক্লতু তোংতুন। ঐথোয়গি নচন ওইদোরিবসি মাঙ্গোন্দ মোইথাপ নাহরম্মী, ঐন শগোন্দৈ কুমথৈ মথোয় স্নুমাংদ, ঐবু শংত্রিক য়েংলম্মগা ইমুংদ কেনা চংখিত্নন থোঙ লোনশিনখ্রে ইকায়মানে।

মমৈ— নংদি অত্নুম অরেম্বদ হল্লক্রে?

অমু— হিঙ্গোন্দৈ মবুংতু থবক শূক্লমানে চেন্থোরক্লে হরাউ হরাউ। স্নুপীত্নন ইমুংদ চংখ্রিবতু ঐবু মুংশিবগি খুদম নত্রনে তামমৈ?

মমৈ -- ফিদা থাগে কৌগে হায়দনা ইমুংদ চংলগ থোঙ গম লোনথিবা?

অমু— উম মতুমক্কি, ইকাই মুংশি য়াম্নব হায়বতু ওইগত্রা? মুংশিমন্দুনা তৌত্রা? অহন্নি অমুক্ত তাকউ তামমৈ।

মমৈ— মুংশিরমগত্রা তূক্কচরমগত্রা মতু হায়বদি ঙমত্রে, অতুগ নংবু মান কিবদি শৌয়ত্রে। নহাকপু অকল অথৌগি পোষাক শেংতুন চৎলুত্রাও?

অমু— স্নুবিদার মেজর মাম্ন শেংলগ শগোল তোংতুনা চৎলুবনি। অকল অথৌ মান্দুন কিম্নম্ব য়াই। অকল অথৌবু স্নুপীন

পাম্মৈ অত্তুনা মান ঐবু মুংশিবসি পোইরোইদৌব মানেদা তামমৈ।

মমৈ — নংন ঙসি চেন্নুসি হায়ত্তুন লাকইবসি কনাগ মুমিৎ থানরকই ?

অমু — মবুংগ হায়নরকই। মচন্দুদি মবুংন হায়রিবমখৈ ইনবী মরম ওকপী সাবিত্রীনি।

মমৈ— ফৈনে মচল্লা য়ারকত্রবসু মবুংত্তুগ চেনব হায়বত্তুনি। হায় মখোয় মুম নত্ত্রনে আদ উরিবসে ? চংউ মবুং লৈত্রা য়েংউ মুমিৎ তাব ঙাইখিসিরা ঙহাক ?

অমু— ইয়া য়ানরবব মুংখিল মুমিদাংত্রাইদ হেক্ত চেনব য়াপোৎনি, করি কান্নব মুমিৎ তাব ঙায়রুগবনো তামৈ, ঙায়বদা শিদোরেদা! চংউখিগে। (চংখি)

তা চাউতোন! য়া অমত্ত "হংজগে? ও—তাবিরিত্রাও ঐখোয় ইবেম্মা? ঐনে কোম্নুংদগি। কনামতবু লৈতত্রনে? ও — তা চাউতোন, তা চাউতোন! ও — ইবাই চাউতোন, ও ইবাই! করিনো কদায় কদায়দ চৎখ্রিবনোনে? ও—— তামৈ, ও…তামৈ! অমুক্ত চংখিরকও।

মমৈ— (হুরাউ হুরাউ চংশিল্লগ) মুপী খোয়রুত্রাও? কদোমদ থৈসিগে? কোম্নুংদ হেক্ত পুরসি। কদায় ইবেম্মত্তুদি?

অমু— মখোয় ইমুংসে তামৈ মীবু অমত্ত লৈতেনে।

মমৈ— করি য়ানোনে ইমুংদসু লৈত্রাও?

অমু— লৈতে ইমুংদদি।

মমৈ— এখোয় লাকনি হায়তুন লোংখ্রবজংলা ? লাও য়েংউসি, হিঙ্গোলদ থবক শূত্রাও ?

অমু— হিঙ্গোলদি য়েংলক্কে ।

মমৈ— লাও থিরুসি । ( চংমিন্নরগ কেয়খি থিমিন্নৈ, ইম্বুদম্বু হিঙ্গোলদম্বু, কনামত্তা নৈব ইদে )

মমৈ— চাউত্তোব, ও চাউত্তোব, ও সাবিত্রী ! ও...চাউত্তোব ( কপ্পা ) ও...সাবিত্রী ! কপ্পা ।

অমু— তামৈ, অমত্তুদি থর তপ্প কৌনিন্নু । মথোয়নীসি কারণ অনা অয়েক্কি চত্তব য়াদকুন মরী মতা অমদা চংখিবদু য়াউ । ডহাক ডায়রব হায়ত্তুনি তামৈ ।

মমৈ— হিংব হায়বসি থর ডায়দব ইহয় য়ারবনিনে । মজাইরেম্মা লুপাম্বু কনানো অম ডায়রি হায়ন তারিয়ে

অমু— সেনাপতি বুদ্ধিদি ?

মমৈ— মম্মু ডায়রিব জাংনি ।

অমু— মান করি ডায়রিবা ?

মমৈ— সেনাপতিনা ডায়বিবনা মজাইরেম্মগি লাক্কব ডায়রিবা নচ্ছ্রগ লীবুংনা কৈযিদব ডায়রিবা । মংন সাবিত্রী ময়ুমদা হল্লকপা ডায়রিবা ।

অমু— তামৈদি করি ডায়রিবা ?

মমৈ— ঐন কুম্মৈ য়েংনব ডায়রিদ । চাউত্তোম্না মচন মপৌগি মতৈ অপঙবন লেল য়াম্ন পীথোক্কব ডায়রিবা ; মিনিকোইগি প্রস্তাপিংন চাক তোংব ফি হোংব ডায়রিদ । নৈশাবীন

অমু— মুপীমচাহুবু কুকায়দ চৎখিবগে ?

চাউ— মহুসি ঐন ইবুংঙোদ ভংজনিংইবনু, মুপীমচাহুবু কদায়দ থম্বিথ্রবগে ? করিগুম্ব ইবুংঙো নতীক নগুণ লৈবন লোয়না চেনখিব থোক্লগ ঐঙোন্দগি শেল হন্দোকচনগে তৌবিব্রা, য়াদি য়ায়োমুকো, ইয়াখ জ্ঞান তাদ্রবনে। কনানো অমনা চেনখিবনি খঙদে, মথন্দা মাংজখিবনি খঙদে য়ুমদ লৈরমদ্রে, নহাক ইবুংঙোথোয় খিন্দোকউব হল্লকপদা।

অমু - ইঃ করি য়ানোনে তা চাউতোন। হায়রিব য়াহুবু অওই-ব্রনে ? ঐন মুপীমচাহুবু করম্না হুরাল্লগ পুগদগে ? মুমিং থানহুন চেন্নসি য়ানরব ঐনা ভায়ডম্রদব মীমু নত্তে ঐদি। ঐ মাংলে, ঐ চোপলে, ঐবু কোম্নুংদ মীন করি হায়নদগে ? অমুথোয় নোংবান হায়হুন মীন নোক্লবদ ঐবু কোম্নুংদ কার য়াররোইনে।

মমৈ— ইবো চাউতোন ধর্ম্ম নত্তব য়া হায়রু, ইচিম্নাও ঐথোয় খৎনরগ অরেম্নদ কোকায় নুকায়নহুনা তোক্কনি। নথোয় খুজাং-সিদ মাগ খঙনা চাম্নব মী লৈরম্নি, মীহুন চেনব ওইরম্বা য়াই, ঐথোয় মা কোম্নুং কাব অঙম অথোন্দ, মত্তে হুকম অমগম নাইজরিবন হায়বা, সম হাতম অমগি মমল কংদব নংগি নচম অত্র ইকোম কোম্না নংনু ম্রোমবদ ঐথোয়না করম্ন হুরাল্লুদগে ?

চাউ— ঐথোয়গি খুল্ থনেব খুল ৩-৪ ও, লোইন খিনংলুরবনি ভাদ ফম্নাইব, অমত্ত থঙিও-উই হায়রু তারুক্নে। মথোয়দ

হংউবদা কোন্নুংদ খিখিরুদ হায়রকই, মহুদ চিংনহুন মহৈংবা হায়বহুনি। স্না কোন্নুং কাব অওম অথৌনি হায়হুনম্নু তাদ অওম্বা, ঐগি ইচনহুবু সন হাত্তম্র অম্রাগি মমল কংদব হায়ব-হুদি হায়বিনুক্কো ঐ পুক্লিং খিৎভং মুংশি

মৈমৈ— মহুগিদি শাওরুম্ন ইনাও, ব্রাহৈ হায়বহুনি, অয়োনব পোৎপু ওইব্রবদি সনগবু চাংদম্নরবম্নু শামুগবু চাংদম্নরবম্নু উপমা প্রমান হায়হুনি ভাব থুন তাননব ব্রাহৈ লৈতেংনি।

চাউ— ইস খোন্দাসিদি চাক চংওইনব চেংচংব ব্রা য়াম্ন য়াওয়েনা। ঐগি ইচন সাবিত্রীবু অয়োনব পোৎকা চাংদম্নরবোইরে। টবো অমুথোয়!

অমু— তাদ চাউভ্রোন, করি ওইরবনো?

চাউ— ঐগি ইচন সাবিত্রীহুবু ঐন নঙোন্দা য়োনগে হায়খিব্রাও? লুপা কয়াদ্র য়োনথ্রবগে? কয়াগি লৈবগে? দলিল ইন-খিব্রা?

অমু— ম্নোনবগি ব্রামক্কি নত্তে, তাদ ইচিন্নাও চান্নসি মরীমতা ওইনসি ম্নিংগৌভম ওন্নসি হায়বগি ভান্নবতা, তাদগি অন্নাৎপ ঐন মেনব, ঐগি অন্নাৎপবুনা তাদন মেনবিব হায়হুন ভ্রাংনবহু-ম্নানহুন লুপা মহেক নোট ওইন ৫০০ পীজৈদনা?

চাউ— ৫০০ লৌই ঐম। সন জুরা ১ লৈনব লোইনা খিজিন্নাম্র।

অমু— তাদগি লৌ ম্নামদে লৌ কোন্নব পীদনা?

চাউ— পী ইনাওনা মনীংগি লন্দ্রাংসি কোন্নব মী নেকউরবনি।

অমু— তাদগি অন্নাৎপ ঐন মেঙরে, মুমন্নু চেক্লাম্নুংন্না শাজম্নোরি-হুয়েংদি থাবু থান্নানি নূং চীংমাই অমা।

মমৈ— অশেংব ময়াংদ হেক্ত হায়ব জাৎনি। ইবো চাউতোম্না য়োনবিরিব মুপীমচাগ্ম মশা পীব ঙমদ্রবনিন মমলহ্ হন্দোক-পিরো ব্রা য়াম্নদনবা।

চাউ— হন্নব শেলস্ম ইথুংতা লৈত্রবনিনে তাদ কোম্নং, সনগি শেল থিজিনব থৌখ্রব।

অমু— ঐবু ইপোংস্মু ইরঙ্গস্ম মাংজব তারব্রা? শেগ হাংলিব হায়ত্তরানে সিবো তামৈ?

মমৈ— নংস্মু ইবুংঙো বোইনা পীশিনবা হৈখ্রে। দলিলকা ইন হৌব্রাও?

অমু— কনান ইনরুদগে থাজবগি মথক্তা তৌনখ্রিবনি। তবোপ-ভবোপ চাউরিব শাংইবা য়েংতুমদোন মাংনি কনান থাজদগে?

মমৈ— দলিল ইনদে হায়হুনা ইবুংঙো চাউতোন শেলস্মু হল্লোই, মুপী মশাস্ম পীরোই হায়রিব্রা?

চাউ লৈত্তবগি ব্রাদনিনে তাদ ফম্নাইবা; লৈবু লৈরবদি ইচনস্ম পীগে শেলস্মু হনগে, য়াম ইকায়রে থল্লিবনে।

মমৈ -- মমাংঙৈদ ইবো চাউতোন শাউদি শাউগন্নুকো, নচন্সি বোইনা ৫০০ | ৫০০ পায়হুন কয়ারক্তি য়োল্লুরে? মুপীহু চহি ফন য়াম্মে, ৫ . ৬ লক্তি য়োল্লম্মনি থল্লি অঙাং অপংব-শিংদ; করিনো ইনাওনা অহুক য়াম্ব শেলহ্ জুরারদ থাদোকপ্রা মুপী অম থিবস্মু নত্ত, সন জুরা ১, লো লোয়াক অম লেপশিনবস্ম নত্তা অহুক লাইরনা লৈরম্বাদ করিগিনো?

চাউ— ঐন মুন তাগে হায়ন তাববু তাদনা ঙাংবিরিব ময়ামসি

উ মোয়োক্লৌন শারে, ৎক্সুংদ চাক্লে, থাংব য়ারক্তে, ঐন পায়রিবসি অমুক্ত য়েংবিয়ু করিনো হায়ত্নন (খুদৈথু লৌথোক থাংজৌদগি) ঐদি ব্লা ঙাংব হৈজ্বদে, তাদ অহৈ-বন ঙাংগদবমথৈ ঙাংবিরো পেন্না, ঐন হৈনবসিস্থ য়েংবিয়ু ঐদি সিদনি। (থাংজৌথ্ন থাঙ্গংলি মশা লেপচব ব্লাই)

( অমুথোইনা থামদোকই )

মমৈ— মতু থাজৌনি য়াম্ন উরে চাউতোন, ঐথোয়ন পাম্নিবদি থাংজৌ নত্তে, নংন সোংথিব নচন ম্নপীত্নুনি। মীগি মরম ইজ্জং, লৌজদৌব ম্নপী মাংহনবদনা পেন্দ্রত্নন মীগি মঙকস্থ মতুনা করুগে হায়রবদি ইবো চাউতোন, লৌরী য়াম্নব থাংজৌ পুম্নমক থবক শূ য়ানররোই। লৌরী অকনবা য়ান্দো শরুক মী মঙক অথোংপদ য়ানগে হায়নরনিনে।

চাউ— ঙাংগদব পেন্ন ঙাংবিরো, ঐন পাউথুম পীথ্রবদি ব্লা অমুক ঙাংব য়াবিরোই।

মমৈ— লৈবাক্ন চাক তাংত্নুনা ব্লানরিবসিদি চাউতোন নথোয়না লৌদি শূদন মী য়াম্নব থবক থিত্নুনা থাংজৌ ফেংবননি-দনা? মী হাংতৌ শরুক লৌদ চারব তীম, কৌজেং, হারৌ ফাত্নুনা চাওবা ইনাওসদে। ( ঙাংবদ মশা চোক্তথৈ।

চাউ— থাম্মস্থ অমুথোয়, থর নকশিন্নগে – নং হন্দোকউ ঈ চোংনি। লোইরব্রা তাদ উ মোরোক, হায়গদব লৈরিব্রাও ?

মমৈ কদায়দগি লোইদগে য়াম্না লৈরি। ইবুংঙো থাংজৌ পায়-বদি, শান্দোক্লমা লৌ লৈত্রবস্থ, সন লৈত্রবস্থ, নচন অমত্তং

লৈবত্নু শান্দোক্লগ চারাইরে। কুমসি অমত্তদ শানখ্রবস্থ, নোংমৈদি মনাও অমুথোয়সিদ লচন্দু লৌ উনহনবিয়ো।

( হুমাং কাংন ভাংই )

চাউ— খাংব য়াদ্রেদা ঐ, নাংজোন ইচিনগি মহুৎ থুম্মগেদা ? ( অমুথোয়গ ফানৈ—খাম্মি। ) পোকপদৈ স্নুক শাউনিংব অমুক্ত তাদ্রি।

( শাউমন্দুন মশা নিকই মপাঙ্গল য়াওদ্রে, তুরোই ভাম্মোই তোরে )

মমৈ — ইবো চাউতোন নংন থাংজোন মীগি মণ্ডক কক্কেদা হায়রি-বসিবু লুখা থানব্রাও ? নংবু চাক তমগি মহুক্তা মী চাব্রাও ?

চাউ — অচ্ছা চা চা ! অংম্না হায়ব থোকপ্রাও কোন্নুংগি মো-রোক্লবো ? ( খাং থাঙ্গংলি খাম্না খম্না )

মমৈ— ( ব্রবনা ফম্মত্নুন লাপ্লপ ) ভাইখো চাউতোন নংবু মুপী থিদ্রিব্রাও ? খিরগ অমদ অমুক্ক য়োন্দুন চাখ্রবা ? কয়া শিংলি ? মশা ওইন থাংজোন শেন্নগ চাব্রা, মমলত্নুনা পোৎ ওইন লৈরগ চাব্রা ? মী োনব মীজাবা !

( চাউতোন্দু শাউমন্দুনা থাংজো পায়ব ভমদে থাদৈ, মশা লেকথৈ, ফমথবদগি লৈবাক্ত ব্রাম্থখি। মমৈস্নু ভাংবদা ব্রামন্দুন গোকথদনা লৈবাক্তা ভুথখি। অমুথোয়ন হুমাই তঙ্খ্রি অমদ অমুক, অমদ অমুক ঈশিং চাইত্নুনা লাক্লে, কোয়চেন চেন্দুনা )

অমু— ( থবক তৌন তৌন ) সাবিত্রী হ্য়া ! হৈবগুনী গুরবদি অমমম সেবা তৌদুনা লাইকম্নরবদি অনাব অনীসি কয়া থুনা ফরগবনো ! নংন ঐবু হুন্দোক্লুন চংশিবসিদি ঐ ইথন্দ তাহৌই হায় । ঐদি মরক ময়াদদ্দি শিরোই হায় সাবিত্রী, নংন লৈরম্ব মফমহুদ নংবু শংত্রিক য়েংলগ নম্নিংতৈ থো-রক্‌প অশাউব নোংথাং অহু থবাক্ল লোংন য়ারগ শিদো-বনি থঁগল্ল । তামৈ থর ফরব্রা ?

মমৈ— ঐদি থর ফরে, ( ফম্মি ) অমত্তুবু কমদৌরিবগে ?

অমু— তা চাউতোন ! তা চাউতোন !

চাউ— হাও কনানো ? ঐথোয় সাবিত্রী উব্রাও ?

অমু— তা চাউতোন হৌগংল্ল; কোম্ব'দ চংসি শ্রীযুংতা হঙ্গংলুসি, মী হূখ্রে ফাবিয়ু হায়রুসি ।

চাউ. অহুন য়াগব্রা হৈবুংভো ? ( হৌগংলি )

মমৈ— কমদৌরে থর ফরব্রা চাউতোন ? কোনুং য়োনা চংপা ওমগব্রাও ?

চাউ— তাদ অভম্ব, চাক চরা অনী চারক্তুব কুইমল্লহুন হকচাংসি য়াম্ন শোল্লে । থর শাউবদা থাংজো ফাওব থাঙ্গংপ ওমদ্রে ।

মমৈ— নংগি থাংজোহু থনম্মু, নশা শোল্লিবহু মহুননি । চাক চরা অম চাবহুদ মুমিং নিল্লী কল্লবা চাব ওমদ্রাও ?

চাউ— মহু চাক হোংব ক্োম্বুংগি ম্লানিদা ।

মমৈ— নিংথোদ হঙ্গংলুসি, চাউতোন, চাকম্ব অমুক্তুং নবুক থম্ম, কুমসিগি চাত্রবম্মু য়ানব হাউনা পীজগে । ( চংমিল্লথি ওহু শম্মহুনা )

---

# ৭ব উৎপ

মজাংগবেম্ম লুপাগী য়াওংশং থোঙ্গান্দা লৈব লৈকোন্দা মজা ইবেম্মা কেন শেং চারঙনা বাসক শয্যা শেন্নবা লৈশু হেকই। মতম নুমিং তারকপা মুংঙাইরব হকচিক লাংনব মতমদনি।

ঈশৈ ঙংঙুনা লৈ হেকই। মতুংদা লোন্না দময়ন্তী লাকই।

লুপা – ( মাবু উরঙুনা ) কান্নরোই উরে দময়ন্তী।

দম— ননাই ঐবু মজাইবেম্মনা কৌবিব্রা? করি তাকপিদোব লৈবিবগে?

লুপা— ঙসিদি ঐ নঙোন্দা অরুব থবক অম শিন্নব তায়।

দম— করম্ব অরুব থবক্নিনা?

লুপা – নিংদোন তিং তিং চোংব, হুমাং অনপ্পা কাংব অরুব থবক্নি। নংবু চেকশিন্না থবকসি পুব ঙমগদ্রা? শোয়ব য়াপোৎ নত্তে।

দম— তাক্ত তাকপিয়ু, ননাই ঐবু কয়ারক শোয়প্রবগে?

লুপা— ঙসি ঐ মুংঙাইরব পাউ অমা ফংই।

দম— কনান পুরকপ পাউ ওইরবনো? মহুগি মুংশি মপাউরাও? অঙ্গম্ব পাউ পুবরকপা মুপা মুপীহুদি ওন্থোক্ত মুংশিপ্রবনিদা।

লুপা— নংদি কদায়দৈথঙঙুরিব? ঐ নংন চহি ৩০ হেন্না লৈশারকইবসি থাজরক্তে, নং থঙমন লাকমনখ্রে।

দম— খঙনিংবনা শিদোরে- কনান পুরকপ পাউনো?

লুপা— আদ হৌরিব লৈহাও লৈরেন পাখৌসি উদ্রা ? মতোন ওই-রপ্প য়েংউ পোমশাংনরকইবসে— নুমিৎন ময়ুমদ চংথবা মতমসিদা।

দম— অসাহ অয়ুক্কি পোমহৌরনি, মুংশিদা মাগি মাগি মতমন্থ য়োরক্রবহুদদি পোমশাংনরেদো মনাক্ত লাংক্রবানা থোংব মখোল তাবদা ! ঐদি মজাইবেম্মা কপপু কপ্পিংইদা মুম মুম খন্থরুরগা।

লুপা— কুইররোই দময়ন্তী কপ্‌কনু, নংমু মতম লাক্রনি, নোকুন লৈব হৈনরো।

দম — অংওইব্রনে মজাইবেম্মা।

লুপা — অওইবনি দময়ন্তী। ঙসি নুমিদাংব্রাহ, ভাংথ্রব গ্রামংন ঙসি সমুদ্র ঈপাক্ত লুপথিব মতমসিদ, অডকপা ফংনা থম্মোয় চোংহনব লেরাং নামিবা মাচং মীথায় নাইদবনা ঙসি ঐ-রোন্দা পাউ মন পীরে।

দম - ওখ্বসি মজাইবেম্মা, খব্রাং হকচাং য়াওন ভাজরি।

লুপা — থাদোকখ্রো ওর্রাহদ চাক্রখা মৈশাপুম্ব, লাক্লে অহংব ঈপাক্ত নামিবা ঐহাক, করিমত লোয়নরনু খোইরাং খোইশাও ব্রা।

দম— সমুদ্রগি মালংবন হায়রিবনিকো !

লুপা— মানি সমুদ্রগি পাউজেনবননি। মান হায়রি, "মাসব ঐন থুংলরবদ নুমিদাংব্রাহদ, হৈরাং লৈরাং কয়াগ কাউব য়াদ্রব মনম নখো পোহুনা, কয়াবু কুইন ভায়নদগে অমদো, নিং-দেলদ খাই খাই লাউহনব, তাইবংগি অরাবপুম্বহ খনজিনব

ওম্ব মহাক্লো লাক্কনি শোয়দন ওসিদি শক্তিং অংশংবদ, ভাইওমদন ভাইহল্লিব কাংগনব মহাক্লো।" লাক্ত লাকসম্ভ খংগনি ঙসিদি মহাক।

দম— লাক্ত লাকসম্ভ ইংবেম্মা ওসিদি য়োংহ্লিং কোংহ্লিংনা পুন্দুন থমসি, ঐ য়াওন পুঞ্জগে চেংপ হেম্লবা।

লুপা— হায়, নংদি য়াওরক্কল, লাকপু লাক্রবদি, সনাগি অরাদা লেংব লৈহাউ লৈরেন পরেংন পুন্দুন মঙক্কু লেংব য়াহল্লোঃ।

দম— ননাহ ঐবুনা কৈদৌজো হায়না?

লুপা— নংগি নথৌদি য়াওংশ ... মচায়ব অসি ভাকশেনব, সেনাপতি বুদ্ধি সুব্রাংদ লৈহনব য়াদে। পাবুংগি স্নায়াথং পুব মী লাক্রব ফাওব চংহল্লকপ য়াদে— ওসি অহিংসিদি নং ওমগদ্রা?

দম— মঙ্গবু ওমদ্রবদি ননাই ঐদি দময়ন্তী নত্রেদন। সেনাপতি বুদ্ধিন--মিংনকোংগি লান্মী পৈ পুরন লান্দারকসম্ভ ননাই ঐন য়াওংশংসি থোকচনি নো, ফুং ভানব ফাওবদি। শ্রীযুং ইবুংঙো মিংনকোহগি মনিংথো নশামক্ল স্নাথোঙদ লেঙলকসম্ভ ইবেম্বু উনিংহুন, ননাই ঐন ইরৌশিং শিংজিন্নহুন থিংজনি ওসি অহিংসিদি!

লুপা— নিংথৌগি স্নায়াথং কিদ্রা নংবো?

দম— স্নায়াথংদগি হেম্ল লুবদি মজাইনেম্মা— ইশাগি থমুংদগি থোরকপ স্নাথংহুনি।

লুপা— মহুগি অর্থদি?

দম — ঈ:বেম্মা নগানি, ননাই ঐস্তু নহানি ; নহাগি অরাম খোৌরাংব নহাদন খঙিভ। নহাগি থম্মোয়গি য়াথং ভাক্লব হোৎনবদ নহানা মতেং পীগদবনি, থেংনসন্নু মহুদ খুদোংথীব কয়া।

লুপা— মহুনিদনা হুপীমচা হায়হুনা। ( স্না খুদোপ অম থুনীংথৌদগি লৌথোক্লগ মঙোন্দা পিবি ) চৎলো শেমশাক্লরো।

( দময়ন্তীন মখুৎ লোল্লহুন খুক্লম্মগ চৎখি হুরাও হুরাও )

মজাইবেম্মনা থল্লাই নুংভাইনা ইশৈ ভংহুন লৈহাউ হেক্লব লাক্লরি। মতুং লোমদগি ভারাইনা মাগি পোষাক অরংবহু শেৎতুন মশক খঙদনা মকোক মমায় লোৎলগ তপ্প তপ্প হুরান্দুনা লাক্লগ মতুংদগি লুপাস্নাগি মমিৎতু মখুৎ অনীনা মেনশিল্লৈ। লুপান মখুৎ অনীন অমহুগি মখুৎ অনীহু, মাহুনা য়েংবদ খঙেঙ, মান ভায়জরিব নিপাহুনি হায়বা।

লুপা— মিৎ ফাজিন্দুন কান্নরোই, ইবুংঙো ইমিৎ পাল্লিয়ে ইখুৎতা ঐগিদি।

ভারাই—অহুদি কনানো তাকউ মজাইবেম্মা ?

লুপা— মীন ব্লান ভাইজবদা কন্নিমত থৌশাবিদন, হুংশিব খঙদনা কাউথোকপ ওস্ব ফত্রব নিপা অমনি।

ভারাই মহুদি লাল্লে মজাইবেম্ম। ঐহাক কৈদৌঙৈদ কাউজদে মজাইবেম্মবু, থবক ভাঙ্গান য়াদহুনা, ঈশি· নিংথৌন তোল্লব ঐবু ছুটি পীবিদবন লাকপ ভমজদবনি।

( মখুৎ থাদোকই মমাইদি য়েংদে )

নুপা— করি থবক শিজিন্নরিবা ঈশিং নিংথৌ তমথীরব অত্থন? মহাকপু নুংশিব খুণ্ডব করম হিংচাবনো?

ভারাই-- ভ' মচাবু ভচৌ 'চৌবন ওৎপ নৈবগি থবক্তা য়েংশিনব ঐগি ইথৌনি। মতুন ঐহাক থবক য়াম্ন চিল্লি। ঈসিং লৈবাক্কি নিংথৌদি নুংশি নুংওনগি ব্রাকৎচে অমত্ত লৌদে।

নুপা— মহাক্কি থবক্তু তোক্লগ ঐখোয় লৈবাক অসিদ থবক ব্রাইশংব অম তৌবিরো। নোংমগি সহি অমুক্তং তৌবিরুরগ নুমিৎ চুপ্প কোয়থুন লংথুন লৈবয়াব।

ভারাই--থবক কোম্নবদি নুংশি নুংওনবগি মহাও চম্মি। মতুন থবক ওইথুন তাইবংদ হিংব য়াদে। ঈশিং লৈবাক্কি থবকসি ঐদি থাদোকপ য়াদে, ব্রাই য়াম্ন শংব ছুটি য়াম্ন লৈব ঐগি ইরাইবক নত্তে মজাইবেম্মা। থবক কাম্ব পাম্বিরবদি হুন্দক মজাইবেম্মন নুহোংবিখিব বুদ্ধি সেনাপতিবু ইম্মোক-পিম্নু। মহাক মজাইবেমগি মতীকচাব নিপানি— মফম চাউব, থবক শংব, হবা কুইগ্র পাং।

নুপা— (মমাই হুং লৈশিন্নরুগ) ... খুণ্ডবগে ঐ নুহোংলে হায়বা?

ভারাই--থবক চিঞ্জরবসু মজাইবেম্মগি পাউদি ঐহাক ভৎতন ফংজে। মাবু ইম্মোকপিম্নু ঐহাক্কি ইঞ্জংলাংগিদমক নিপা মতীকচাব অমবু ব্রাহনব ইকায়হনব ঐ পামজদে।

নুপা— অদোম্পু নুংশিব খুণ্ডব নিপারাও?

ভারাই--নুংশিব থণ্ডমন্দুনা মীবু নুংশি মৈচাক্ন চাকহন্নিংদবগি ব্রানি।

অমরোমদ পাবুংন করিগুম্ভ লাইবেম্মগি অরোনব মরূপ লাইবক থীব এবু শজেত্রবদি খন্দুনা য়েংবন্ ইবেম্মাগ ঐগন তাগদবা দশাছু।

লুপা – খুদোং থীনশিন্দুন নুংশিবগি মহাউ কলহনি। ইথৱাই মাংব তারবস্ত, থৱাইন তাব নিপাবু পাংদোক্পা ঙমদরোই।

( ঙারাইগি মথুং নাম পাংদুনা নম্মি মথুং ঙাংলীন )

ঙারা— মতুম্না পুকচেলবু লেপ্পিনবদি নমাই ঐ ইবেম্মগি লেংজত্র-বনি শুঙদিয়ু শকহেনবী।

লুপা— ঙসিদৈ ঐখোয় লৈবাকসিদ লে দন লৈদ্রিবো. ঐহাক লৈমুংদ অরোৎপ য়ুগ অম শাহন থমজরগে।

ঙা— নক্ত লৈরবদি নুংশিবব ব্রাংকনি ঐ মরক মরক্ত লাকচগে মজাইবেম্মা।

লু ঙম্মোই ঙাইব য়ান্ন রাই। ঙসিদৈ চংখিবা য়াদ্রে। চাক-শংদ লেংশিনসি অথুম অহাও থর হাবিয়ু। ( চৎমিন্নবদা )

ঙা— সেনাপতি বুদ্ধি নত্রগ পাবুং মহারাজগ ঐগ থেংনরবদি লান থোক্কনি। ঐবু ইকাইব পীরবদি মখোয়মু হিংডোই, মত্থ পাখিব্রা মজাইবেম্মা ?

লু – নহাকপু হিয়েরবদি অতৈ পূন্নমক শিজখিবদ ঐদি পাম্মু-রোই।

ঙা – অত্থ য়ৌন নুংশিরব ?

লু— মহৃদৈ হেন্দোবদনি, থাবদি লৈতে।

ঙা – নৌরিঙৈগি ব্রারাও ?

ঙ্গুপা— থল্লাইদ নৈরিবমখে।

ডারাং—ঐন করিগুম্ব সেনাপতিগ লান থংনবদা লৌখিদব থোক্লবদি মতোন্দা লৈহৌকো ?

লু — মতু কৈদৌঙ্গেদ ওংরোই, লম্মন খুন্নব মাগ ঐগ লাম্বা তৌগুন অডম অডম হাংনদি, শিরগ নতুং ইন্নবা।

ডা — মতীক অজুক চাব সনাপতিদ্বু করিমতা নুংশিদ্রাও ?

লু — সুকন্নুং নুংশিদে অহেনব লৈজবনা

ডা — ঐহাক শিথ্রবদি নুংশিরক্নদা।

লু — ঈশ্বরনা সাক্ষী নুংশিরোগ মাব, নতুং ইন্দুনা শিখনি।

ডা — ঐ ডসি নোংয়াইদ হনখিব তায়, মতদগি থেংথুব য়াদেকো ?

লু — মাব হৈরবদি অমুক হনগিদৌ শরুক লৈহাও মচা অম ওন্নুবা শমজীদ থেংতুন অমুক নুংথিন্দ থমজগে।

ডা — হায়ল্লু মজাইবেম্মা, নক্না পৈরগ নুংশিরকওই য়াম্না।

লু — ( মমিৎ ফাকই ) থাজদে মতু।

( চংমিন্নখি লোঙ্, কোইন য়েংলগ )।

---

# ৮ম ভাগ

স্নানদাং লমজাও শড়ক্তা অরোনব ফিজেংতা নিংথৌ মহেন্দ্র, সিপাহী কেপ্তেন অম পুতুন লৈবাক্তি ঈরাং য়েংব চংলে।

কপ্তেন—অমুক রান লৈরক খুদক, লবাহ থোল্লাইদ শ্রীযুৎ ইবুংতোন

অহিং অথেংবদ স্নাখোঙ লেঙবিহুনা লৈবাক্কি হূরানচিন্তীব মচৎ চুমদব, আহঁন্ন য়াদব থবক তৌবশিংবু থিগৎপিবগি মহুত্ত, ননাই ঐসি তাকচবগি ৱাদি নত্তেকো, লম লমগি থাজব য়াব মতীক চাব মীকোক থর থস্বীরগ মখোয়দগি পাউ লৌবনা কোমমোইদ্রা ?

মহেন্দ্র—থাজব য়াব মতীক চাব মীকোক্কি হায়ৎন হাপলুরগ মখোয়ন মবুক পূমথরকপদগি শম্বন্না য়েঙ্খাং চারমহুন লৈবাক্কা ৱানরিবসি নং করিমত থঙদ্রনহায় ? ঐন শেল চানিংদনব তোলোব য়াম্ন পীজহুনা মফম চাউহনখিব অঙম্বশিংহুন অয়াম্ব লৈবাক্কি শেঞ্জা থুমজা তৌরম্মেনহায় ? অপঙব। মীবু থাজরক্তুদুন ইশান কোয়ন অরানব মী ফাব চৎলবসিনে ; পাউ পীবনা মরাল লৈবঞথৈ লোৎলে, ফারুচো থাথিব অঙম্বহুনা মরাল লৈববু থাদোক্লগ লৈতব ফারক্লে। মকদ্ধনাদ থবক শিংলিব শেল ভিংইব, অচুম্ব ৱায় ফংদ্রিব ! অঙকপ লৈবাক ওইরবনে।

অরাপ্পদা “ফাও ফাও, হূরানব চেনখ্রে থৎলো থৎলো… মী হূরানবনে” লাওরকই চাউতোন্না অমুথোয়। । সাবিত্রী অমস্তুং কুমারনা মখুৎ শমন্তুন মাংদ চেন্নকই, অনীহুনা তান্নরকই চৈ অমমম পায়হুনা। লাওনব তাবদ।—

মহেন্দ্র—তুমিন্না মত্তৌ য়েংসি কেপ্তেন, লুমহুন লৈসি লাও।

( অনীহু থুপতুনা লৈ )

( কুমারবু চাউতোন অমদি অগুথোয়না ফারে। )

চাউতোন সাবিত্রী ! নং নশান য়াদ্রুন চেনব্র' ?

সাবি— তাতোন ! ইশান য়াদ্রুনা চেনবনি, নিপাসিন চিংব নংগে মাবু করিমতা তৌবিয়ু। মাগি মতু নাম তেকপদা নংন লৈত্রে খওবিয়ু।

চাউ — থৌনা করেদা অফাওবীসিদে। মতুদি তংহন্দনা মথব্র'ইদি লৌব তারে, মী উশিত্তবগি— ঐবুদ নত্তন কোন্নুংগি চাউ-রব নিংথৌ মনাই অমস্তু নংনা চোপ্পদা য়াওহল্লে। লেমনা থাবদি কদায়দৈ য়াদগে ?

অমু— হায় নিপা নং নমিং করি কৌই ?

কুমার— ননাই ঐ কুমার কৌজে।

অমু— নং নথল্লাইদু পাম্মুব্রা পাম্মুদব্রা শেংন হায়য়ু ইয়াম্বদা, ঐ কর্নংগে. কোন্নুংগি ফম্মাইবনি ঐবু শক খঙ্গু

কুমার— থল্লাই পাম্মুদ্রুনা হিংনব লম্বী থিজরিবনি

অমু— নংবু মুপীমচাসি য়াওদ্রবদি হিংব য়াদ্রব জাংলা ?

কু— ননাই ঐ ইবেম্মসি য়াওদনদি মুংশা হোনবদ রাই চিঞ্জরদুন চেঞ্জরুব্রনক্লি।

অমু নথল্লাই কনবিয়ু, রাকুরবস্তু রান হিংগে, রাই চিল্লপ মুংশাসি থর হোনখিগে হায়রবদি মুপীসি পীরম্মগ নং চেঞ্জব্রে'।

কু - মত্তুগি শরুক শিবন ফৈ।

অমু - য়াদ্রে তাতোন, মসিগি পাখও লম হেনবসি লোইশিন্নব তৌরসে !

( খুতুম্ন নত্রগা চিন কনবদা চাউতোনলোমদ মকোক ডাও-ডুন চংখি। চাউতোম্না অমুক ওক্তন থোম্মকই। অমু-থোয়ন অমুক থোম্মি, অমনা অমুক ওকই )

সাবি— অমদা অনী চংইব করিগিনো? লৈবাক মচাশা মী হাংলে, মী হাংলে, থরাইদদি কনবিয়ো। মরাল লৈতব মী অমবু ডাকু অনীন হংলে। থল্লাই থর কনবিও থল্লাই পানব মশেন নত্রাও?

কেংেন—ডায়খো হায়! লমজাওদা মী অমবু অনী চংহুন অহুম্না যৈং হৌনত্রাও? কনামতা খাম্বিনব লৈতব, মুংশিব থঙদব পাংদব প্রজা ডাকত্রাও মিনিকোইদ লৈরিব মীশিংসিবো মুপী নংন কুম্মেয়েংইব করিগিনো? খামগেদি হায়দন', নংবু মী নত্রাও? হায় নখোয়নী নথল্লাই মাংনিংত্রা,—তোকউ হায়রগা তোকউদনা করিগি অনী চংহুনা অহুক থীন ফুরি?

অমু— হুন্দোকউ ইচিনাও, নদো চৈতে। মরান লৈবগি, মুপী হুমানবগি, দণ্ডি পীরিবনি ঐ মীচম নত্তে, কোন্নুংদৈনি শক থঙ্ডে।

কে— মরাল লৈরবসু লৈবাক্কি অঙম্বন বিচারপতিনা রাংনগদবনি, অতম দণ্ডি পীগদবনি। কোন্নুংগি শক্তি শেংত্রা শক্তিক ফানত্রা, কোন ফেংত্রা নংন হেক্তা মীভোন্দ মরাল হায়দুন দণ্ডি পীব য়াত্রাও?

অমু— চুম-শো পায়রা কোন্নুংগি অমুথোয় ঐবু শক থঙদে? নংবু কনানো শক্তিক ফানত্রাও?

কে— নং লান্দা ইমিং চৎলবা কেপ্তেন শেখরংদি মশক খঙদে? ঙা-মীরা?

মহে— (হৌগৎলগ) হায় হায়, করি করি তৌনরে। নখোয়-নীন শঙ্গৎনরিবত্নবো?

অমু— (খুরুম্মগ) ননাই ঐবু কৃপা তৌবিয়্, ঐবু লোইবা লৈমারা। (চাউতোনস্থু খুরুম্মি, কুমার অমস্থুং সাবিত্রীস্থু খুরুম্মি।)

মহে— কৈদৌবগি লম্বীদ খৎন চৈনবা হা?

কু- ননাই ঐখোয়নী য়াম্না মুংশিনজত্নুনা চেনমিন্নরবনি। মবুং ইবাইগ য়াম্ব অখৌব অসিগনা লম্বীদ ফাত্নুনা ননাই ঐবু হাংপগে তৌরে। মুপীমচাসিন থরাইদদি কনবিয়ু হায়না লাউবদ অখৌব কেপ্তুনসিনা খামদোকপিবনি।

মহে— মুপীমচা নং নথল্লাইন য়াত্নুন চেনব্রা? দশা ফত্তব কোরুবা চেল্লিবা জাৎলাও?

সাবি— ননাই ঐ ইশান য়াত্নুনা চেঞ্জবমক্তি।

মহে— মীন মশা মশান প্রেম লৈনরে, মুশিনজরে হায়ত্নুন চেঞ্জরগ নখোয়নীন থিংইবা ফাদোকইব। হাংকে তৌরম্মিব করি-গিনো? নখোয়বু কনা কনানো?

চাউ— ননাই ঐ মুপীমচাসিগি মবুংনি, ঐন মাবু ব্রান যোকচরকপনি। লাইরমনখ্রত্তনা মুপীমচা মহাকস্থ নুংশাইজনব ইবুংঙো কো-মুংগি অওস্বসিদ থাজরবনি য়োঞ্জরবনি, মমলস্থ শেল ওইন পোৎ ওইন থর লৌজরুরে। অস্থগদি মখোয়নীন ঐগি ইন্না তাদন হূরান্দূন চেল্লম্মে ঐজ্জা ননাই ঐগি ইরল ১ত ভায়ক্র-রবী ইচন হূরব্বা নিপাসিগি মথল্লাই লৌজরগে কৃপা তৌবিয়ু।

মহে— হায় হায়হৈদে মী হাংপা। মাগি মথব্রাই হাব্রবদি নচনসি থাইদোকপ য়ারোই হায়ব্রাও?
হায় মুপীন পান্থ নিপা। ন বু নরল কয়া য়াম্ন লৈ? মবুংন লৌরুব শেলশিংহু নং হন্দোকপ ঙমব্রাও?

কুমার— ননাই ঐ ইনাক খুনব মচাদি নচ্চদে। মশুং লাংগিদমক থব্রাই থারগে হায়ত্নন নিপা অনীসিদ ফুহনবনি ইখুং হন্দন।

মহে — মুপী নংদি নিপাসিব্ কয়া য়াম্নদি মুংশি?

সাবি — ননাই ঐসু মশুং লাংগি থব্রাই থাব ঙমজগনি, মঙোন্দ নস্তুন কনাদসু ঐ য়ুম পাঞ্জরোই।

মহে— প্রেম ফবী নং নরিল অহুক লৈরগ নং নিপাসিব্ অনী চংত্নন য়ৈব কান্দ করিগি কুম্মে য়েংই?

সাবি— পাঙ্গল শোনবী মুপী ওইবনা আজ্ঞা।

মহে— পাঙ্গল শোনবী নংনা শিব ঙমগব্রা? মুংশিব ঙমগব্রা? থুদোং থীরব ফাওবদা?
লাও, নখোয় পুম্নমক কোম্নং তান্না চংসি, অশেংব বিচার তৌরুনবা। (ময়ামহু চংমিন্নৈ)

মহে— (কোম্নং য়ৌরগ) কেপ্তেন!

কে— আজ্ঞা, স্না-য়াথং তাকপিগদবা?

মহে — সেনাপতি বুদ্ধি অমসুং ঐগি ইচামুপী লুপা স্না কৌরু।
(কেপ্তেন চংখি)
অমুখোয় নং শেংন হায়নু, মুপীসি লৌব ফংনব শেল থুম কয়া য়াম্নদি তিংউরে। খুম্মুনে হুরানবা শো শাবা?

অমু— মবুং তাদ চাউতোন্দা, মিংগোভম ওন্দ্রিবৈদ ননাই ঐ মুপা ওইনা ৫০০ পীজখ্রে। তাদ মথৈগ তাপ্লজহনা লৌ পরী ৪ রোম কোক্লগ উজো হায়রুন জক্ষন মতেক অম পীজখ্রে। পাং তঙ্খায় অম চাজ্রো হায়রুন মতাই খুনয়াদ পীজখ্রে… অরুগ অতৈস্রু থর হোংনজরি।

মহে— মান হায়রিবসি অচুমব্রা চাদতোন?

চাউ— অচুপ্প লাক্লনি আস্সা। ঐনা ইচন্দস্নু তাকচরবনি, নহাক-থক্লুগি ইচিন ইপুব্রা মীরক তিনব ভম্মনি, মরম ওকউ হায়ব ইল্লু হায়রুনা।

মহে— মুপীমচা নংন করিগিনো নবুংগি মমাই ডাক্কিব, জুংডাই য়াইফন পাম্বব, শেঞ্জাবসিবু পামদরুন লাইরব পাখওসিদ চেল্লুরিবদে?

সাবি— প্রেমগি থৌয়ীন চেংন পুনমনখ্রহুন ননাই ঐ অফ ফত্তগি রাখন ভৌজদ্রে, মুংশিমগুলাংগি নংজবস্ন নংজগে শিরবস্নু শিরগে থঞ্জরহুনা।

মহে— কৈ য়েংসি, নং কয়া য়াম্ন মুংশিব ভমব্রা।

বুদ্ধি— ( লাক্লগ থুরুম্মে ) করি স্না য়াথং তাকপিগদবা আজ্ঞা?

মহে— মুপী অমগ নিপা অমগ য়াম্ন মুংশিনরে হায়রুন চেল্লবলে অনীসিনি। মবুংন হায়ব ইন্দ্রে। মখোয়নীসি কয়া য়াম্ন মুংশিনব্রিবনো চাং য়েংব তারি। ভসি অহিংদৈ, কেশ লোই-দ্রিবক্কাওব মুপীসি মাংদনব নং থর চেংন থম্মু।

হায় মুপী নং সেনাপতিসিগি মতুং ইনখ্রে।

( পুন্থন চৎথি, কুমারন তঙক ৩৬ক য়েংথৌই )

লুপা — ( খুরুম্মে ) পাবুং করি স্নায়াথং তাকপিগদবা ?

মহে — সিদৈ নিপা পাখঙ'স নুপী নুংশিরব অম চেল্লংগি ফারক- পনি, খাইদোরুব য়াদ্রে ! কয়া য়াম্না নুপী অমবু নুংশিব ঙম্ব নিপানো চাং য়েংব তারি। মবুংন অমুথোয়দ মমল কয়া লৌথুন য়োনখ্রে হায়রে। কেশ লোইত্রিফাওব চেনখিব য়াদন নিপাসি নং থৱ থম্মু। ভাব তারব্রা ?

লুপা - ঐজ্ঞা ননাই ঐ ভ ব তাজরে

মহে - নিপা নং চৎলো, মজাইবেম্মগি কুং ইনখ্রো। ( চৎমিন্নথি )

লুপা - নমিংদি করি কৌই পাখঙ ?

কুমার— ননাই ঐ কুমার কৌজে। ( চৎমিন্নথি )

মহে— নথোয় অত্তে নয়ুম নয়ুমদা হল্লো। হংচিৎ কোর্টতা মসি বিচারসি তৌগনি, পুং ১০ তাবদ লোইন কারকউ।

( লোইন চৎথি চাউতোন অমদি অমুথোয় নত্তনা )

চাউ— করম্নো ইবুংঙো করি উপায় লৈরি ঐদি মকদ্দমা ঙম্নব মরোলসি কারিমত হৈজব মীশক নত্তে, লৌরাইদৈনিদো।

অমু— হুজিক্কি কোনুং য়োরবনিন করিমত চিন্তা লৌরুম্নু, ঐন ব্রা ঙম্নব নোমগনি তাতোন। শ্রীযুৎ মহেন্দ্রসিংহন তৌগদব বিচার ঙইরবদি দময়ন্তীদ ব্রা নোম্মগ লোইক্লে। ঐ তৌগে চৎসি তাতোন ঃঃথাকপ কাংদ হুজিকমক দময়ন্তী অচানবীগিদ চত্তব য়াংদ।

চাউ - মুপীমচাহু সেনাপতিদ শিন্নখ্রিবহু— মাংদি মাংঙইকো ইবুংঙো ?

অমু -- মঙোন্দগি কনান মুন্দগে ? মাংওই করিমত মুংশা থীনু, লানগি সেনাপতিনি, মজাংবেম্মগি মতে; মমাক ইবুংঙোনি।
(চৎমিন্নখি)

---

# ৭ব উপ

ভূরেল মপান লম্বীদ সেনাপতি বুদ্ধি হন্না চাব চৎলি, মতূংদ সাবিত্রীনা কিনা কিনা ইন্নে।

বুদ্ধি — হায় সাবিত্রী, করিগীনো অতুক ভপ্প, চাক ময়েং তানব খর কন্ন চৎসি লাওনে।

সাবি— ননাই ঐখোয়দি চাক ময়েং তাখিনি হায়রনা মুংশা থীনৈ থবক শুব নত্তব অতৈদদি।

বু— নখোয়গী থুঙ্গংদ লৈবশিংত্ত হন্নাচাবকা চৎনদ্রা ? মুংশিং অশেংব ফংনবা; লম্বাংদ তোর্ব্বান্দা ?

সাবি— মুংশিং অশেংব হন্ন চাবা ! ননাই ঐখোয়হুন্নায়দি যুমদ, হিংগোন্দ, লৌবুক্ত মুংশিং অশেংবগী মশেংব ভাক্তনি, মখোয়ন ঐখোয়বু থিবিরকই, ঐখোয়না থিনদে।

বু— সহরদা লৈরবনিনা নংমু হুজিক থবক শুদনা য়াম্না চাখিবহু তুম্নবা, কোরংগি মুংশিং অমোৎপদগি অশেংবদ মুংশা হোম্নবা কন্ন চৎপা ভায় তোর্ব্বানসিদা। লাওনহায়. ঐগী ইতুংইল্লু খুৎসি পায়য়ু, খর কন্ন চৎসি।

( কিনা হঙ্গাইনা ফাগী ওইরিদ্র থক্ষুনা পায় )

বুদ্ধি— ( মমাইদ য়েংলগা ) নংনা ভাইবংপান্দ কিবসি করিনা মহেল্লে অশেংবা হায়য়ু।

সাবি— ননাই ঐনা কিজবসি থঙদবা অমম্বনা মহেন্রে।
অমম্বদা লিন নেংকুগদ্রা, কৈ খেংনগদ্রা নত্রগা তম্নরাহনা হাংখিদ্র ! থঙদবা অমম্বনা মকিজরে।

বুদ্ধি— অত্নুদি ঐ ব্রা থর হংগে, অশেংব তাকুনি হায়ত্নুন বাশকউ। থঙদবা অমম্বনা সাক্ষী হায়ত্নুন।

সাবি— থঙদবা অমম্বনা সাক্ষী ওহবিসনু ; ননাই ঐ অশেংবদা হায়জনি।

বুদ্ধি— নখোয়ত্নুব্রায়দৈ পাবক্ত কয়ানা নংবু লৌগে হায়ত্নুন থব্রায়মক য়াওনা কোইরম্মি ?

সাবি— ননাইশিংদু ফন য়াম্মি, অহুনখক্রা নথব্রায়মক য়াওনা লৌগে তান্নরম্মি।

বু— অত্নুমত্নুগি মরক্রা কনান ইহেন হেল্লি নংনা মুংশিবদি।

সা— ননাই কুমার হায়ব, ঐগ হ দক চেঞ্জকুবত্নুনা ইহেন হেক্ল।

বুদ্ধি— মশক্কিরা মহৈ মরল-মথুম নত্রগা মরমচংকি থল্লুরব্র ?

সা— মশক অমদি মরমচংকিনি, অতৈত্নুনা মহৈদা মরল মথুমদা হেল্লি। মান ঐবু থব্রায়মক য়াওন মুংশিবিরন ঐনম্ন মাবু মুংশিদবা ভমজখিদে।

বুদ্ধি— দোকান্দ ফুরিং লুপা ১০ পীব, ২০ পীব, ৩০ পীব য়োম্ব উবদগী নংন ৫০ পীব কুমারবু পাম্মি হায়ত্নুনা থল্লুরে। মত্নুগুম্বা জাংনি নত্রা ?

সা— অহোয় মত্নুগুমজাংনি, মহাক্র ঐগী মিত্ত খ্বায়দৈ মমল কান উহল্লি।

বুদ্ধি— নং মঙোন্দগি হেনবা লুপা ৪০ পীব, ৫০ পীব ফুরিং উত্রি। মত্নু উরবদি মঙ্গোন্দগি হেন্ন পাম্মি হায়নি নং ?

সা— মমল হেনবত্থু লৈনব শেল লৈজদবা ইতিক চাজদবনিনা ঐন পাম্মুব ওমদবা।

বুদ্ধি— লুপা ৫০ পীব, ৬০ পীব ফুরিংত্থু ৩০ দা লৌজরো নংগী ওই-জরো হায়রবদি ?

সাবি— ফুরিং নত্তব মীনিন মত্থুগি খুদোংচাবত্থু পীনদে। কনাগি দোকান্না হায়বিদগে ?

বু— ফুরিং নত্তব মী ওইবন মমল কারব নিপা কুমারদৈ য়ামনা হেনবন করিস্ন লৈতবী নংবু লৌরগে হায়রবদি ?

সা— ইতিক চাদে হায়ত্নে য়াজরোই ! কনানো দোকান্দার অত্থু ?

বু— থাত্তদবৈ ব্রানি, দোকান্দারত্থুন ত্তংশেংন হায়রবদি নং মাবু পামগনি, মত্তোন্দা লৈগে হায়নি।

সা— মভলানগি ব্রাদি পঙথন থন্নব য়াই, তাইবং মীগি পুক্লিংসি লেপ্পবুদি কদায়দৈ লৈগবনো আজ্ঞা।

বু— মভলানগি ব্রাদি থম্মু। ঐ নংবু পাম্মি, নংবু লৌরগে থল্লে অওইব ওইনা। নং ঐবু নুংশি নুংশিদে, পাম্মি পামদে হায়য়ু অশেংব।

সা— (মথুং থাদোক্লগ) করি ব্রানো মমাক ইবুংঙো মজাংবেন্দন তারবদি ঐবু করি হায়দগে ?_ মমাক ইবুংঙোবু দোকান্দার ওইবিরিব্রাও ?

বু— দোকানগি ফুরিং অমদি - মশা লৈতবী মজাইবেম্মগি ব্রা থম্মু, হুজিক হুজিক ঐন হংলিব ব্রাহংগি পাউথুম পীয়ু। ঐবু পামব্রা নুংশিব্রা ?

সা— পামদি পাম্মি য়াম্না আজ্ঞা, নুংশিবদি নত্তে কুইন তিম্নদবন।

বু— মুংশিব হায়বসি কুইন তোৎন তিন্নরগ হৈনখিব লৌচিং অমনি, ইবানীস্ন মতম থরগি মত্তুংদ কুমারগ নংগ মুংশিনবত্তুদাগি হেন্নকপ য়াই। মত্তু থাজব্রা ?

সা— থাজদৈজে মী ভাক্তনিনা। অওইব্রা তাকপিরিবত্তু ?

বু— অত্তুনদি কুমারবু নংন খ্বাইদে মুংশিজৈ হায়বত্তু অতৈ অফব থন্নীংডাই লৈতবগি য়াফম্নি নব্রা ?

সা— মত্তুদ ভায় মমাক ইবুংঙো। মঙলা ভাইবংলা ?

বু— লাকও চৎসি। ( চৎমিন্নৈ )

সা— শারিব য়ারীসি মজাইবেম্মন করিগুম্ব তাথিব থোক্লবদি ঐ মাংলেদকো ?

বু— করিমতা ভারোই মুংশা থীনু।

সা— মী অতৈন ভারবদি ঐবু মবুকচেল লেপ্তুবী মুপীনি হায়ননি। ননাই ঐদি য়াশকচরুবগি পুক্নিংদ লৈব অশেংবদ হায়-দোকচবনি।

বু— নংদ নত্তে, মুপী অয়াম্ব নিপা অয়াম্ব মবুকচেল লেপ্তুব ভাক্নি।

সাবি— মমাক ইবুংঙোবু চানন ননাই ঐবু মুংশিবিব্রাও ?

বু— মুংশিনহায় করিগনো ?

সাবি— মজাইবেম্মন মুংশিনব্রা হংলবদি কমদৌনি ?

বু— মুংশিনদে, ঐন মুংশিব মুপীদি পৃথিবীদ মাদুদনি হায়ন থুম্নি।

সাবি - ইভকপু ভকচরেদ সহরগি লোনচৎসিদি, অওংব য়াসি ইভাং ভাংনব্রা মমাক ইবুংঙো ?

বু— কান্নদব অওহৈব ঙাংবসি থরদনি। অওহৈব মানবঁ মীনম্বা ঙাক্কনি সহৈরদ য়াম্ন চৎনরিব শেল ময়েক্কসি।

( চৎমিন্নখি )

সাবি— থঙদব হায়বসি অকিবগি মশাক্কিদা। ( চৎখি )

( লুপাস্না অন্সুং কুমার পন্নপ পরপ লাকমিন্নে কোম্মুংলোমদ। লুপানা সারী শেং বেঙ্গলী ষ্টাইলদ কেয়কই; কুমারনা ট্রাউজর চোল্লপ শেং, কোট চিল্লপ্প লিংপদা য়াই য়াম্ন চিন্ন উষ্ট, থোঙ্গুপ ভোংবদ মথোঙ্গু থয় শিংতুন হৈনদবনা য়াংন চৎপ য়াই।

লুপা— পন্নপ পরপ চৎসিলাগ্নহৈ'ব সুম্মিৎ তাখিদৌরে, জঙ্গল মতেক অম লানগদবনি— শা থেংনত্রা করিনো থঙদে।

( তানথৎলকপন্থু য়েংই )

কুমার—( মখুং অমীন থোঙগ্রাও তাখৎ, মথোঙ থর চিংলপ য়ানা লাকপ উষ্ট তুংদ ) মসি ইস্তোক্ক হৈনখিদ্রেলা। লাকচরে লাকচরে লেঙথৎপিয়ু।

( থঙখিদনব হৈনব শাষ্ট, পাক্তি পক্তনা )

লুপ— কৈদৌরে থোঙগ্রাও অচোনবন্থু মথুংন থাঙ্গৎতুনা চৎখিবগুম তোবদে?

কু— য়াংন চৎপদ য়াষ্ট থর চিঞ্জতুনা খিক্তং তাখৎচক্করে।

লু— যন্থুসিদে মীন নোক্কনবা হায়তুন। করিগিনো থোঙ্গুপন্থু চিং চিংতুন চংলিববো?

কু— থোঙসি থর লূমথতুনা তোজবনি।

লু— নিপা থোক্ক ফজন লেমনা কপ কপ হায়তুনা চৎলুনে মীন উবদ কল্লক্কবা।

( ভান চাদন মণ্ডক শুদুন মথুং হায়রুনা চংলি )

লুপা - ( লোন্ন নোকই ) হো অং নিদনা কয়া ফজরে। নণে ন্দগি হেন্ন পান্ম নিপা লৈতরে হায়নি সাবিত্রীনা অদুম্ন শেং-চাদুন চংলবদি - ভাইখো, নণক শুজিল্লিবদুদি কৈদৌরে হায় ?

কু - ননাই ঐ ভকশমগি থৌরী কোক্লোইসি চিনমন্দুনা থৌরী লাকহংকত্রা কিজদুনা।

লুপা— অশাইনা করিগি হায়দে বুদু ? নচীন পান্দ্রা নংবো ?

কু— সহরগি হৌনবী ওইরমানে হায়দুনা হজংচদবা।

লু— মতৌন অশিংব শানিংইব পণন পণইবা, চংশিল্লকউ লাওনে।

( কিন মণ্ডক্কু পীরকই লাপ্পপ লেপ্পগ। হজোইদনা নেক-টাইদু থর কোমহনবী )

থর ফত্তত্র। য়েংউ।

কু— হ হ ! থর ব্রাই শংজরে।

লু - ভাইবংপান্দ নংন কিবসি করিনা মহেল্লে ? নমান্নব নিপা অকনবা কিত্রা ?

কু— চেং কিলোগ্রাম অম চাব ভুমদবশিংদি অমত কিজদে।

লু - শা কৈদি কিত্রা ?

কু - কিজদে মথৌন্নদি পণ্ডিভ।

লু— অদুদি করি কি ?

কু— ননাই ঐন কিজবসি নোং থাক্লগ ভারকপ মোংমৈ শিংজংন মকিজরে।

লু— অদদি নোংমৈ শিংজং পন্দুনা য়াশকউ, অশেংবডাক্ত খুম-জনি হায়রুন, ঐ য়াহং খর হংগে।

কু— অশেংব ডাক্ত খুমজনি; মীনম্ব খুম্মবদি নোংমৈ শিজ্রংনা ইকক্ত। তাদগ্ন।

লু— নখোয়রুয়াইদা লৈব লৈশাবীশিংম্ব কনান ইহেন হেম্না ফজে ?

কু— ননাষ্ট ঐগি মিংতদি সাবিত্রীনা মহেল্লে।

লু— মত্তোন্দগি হেম্না ফজ্রব অতৈ অমতা উদ্রিব্রাও ?

কু— সহরদদি পংউ উজরে, অত্বু মাদোন মুংশিবদি অমত্ত থেং-নজদ্রি।

লু— মুংশিব হায়বসি কয়ম তৌই ?

কু— মাবু উদনদা লৈনিংই, ইনাক্ত থম্মিংই, মান হায়রিবমখৈ য়ানীংই, মাগিদমক ইথয়াই থাবফাও পাম্মুজদে হায়ব য়াই।

লু— সহরদ লৈবী, সাবিত্রীদৈ হেনবী, মশক্তা মহৈদা মরল্দা —কনাগুম্বী অমন নংবু য়াম্না মুংশিরে, নঙ্গোন্দা লৈত্রবদি শিরনি হায়রবদি নং কমদোনি ?

কু— কনানোনে ইবেম্মত্নু মশক অমুক্তং য়েংজনীংখ্রেদা।

লু— ঐনিনে, য়েংও ইবেমা ?

কু— ( মুন্ন য়েংলগ ) কয়িনো অওইবনে ইবেম্মা ?

লু— অওইবনি হায়ন থদু।

কু— ইস! করি য়া:না তাকপীরিব য়াসিবো!

( কময়ুন চিন্তা তৌই )

লু— থন্দুন য়েংউ, নং ঐবু মুংশিরব্রা ?

কু - নুংশিদোব কিজেনে আজ্ঞা ননাই ঐবো।

লু - করিগীনো ঐবু কৈরাও নোংমৈশিংজং লাও ?

কু— ইতিক ইপা চামন্দবন ননাই ঐ কিজবনে।

লু— করিমত কিন্নু ঐ শা-কৈ নন্তে, কেতকীনে ভীথংন কোয়ন শেল্লবী, নুংশিবখঙব খোইমুন তিথং পানব মনাদ ভোংবিক্রগ লোয়রে।

কু— ঐবু ভসি মগুলা হায়া ভাব অম ইতা তাদেদ সাবিত্রী। ( মুম্না য়েংলগ ) অগুইব ওইরবদি ননাই ঐ ব্রা অম হঙ্গং-চগে ব্রারৌমুকো।

লু— হায়রু, অশেং অশেংব হায়নসি।

কু— ঐবু চাননা নুংশিবিরবনিকো ?

লু— মানিনে।

কু— অদুদি ঐস্নু অদুমগুাইয়ে, লাইবক তম্মবনি।

লু— নং সাবিত্রীবু নুংশিরুবন্নু ঐভোন্দ পুল্লপ নুংশিরো।

কু— ( ব্রাখল তৌই ) কুইন নুংশিনরুবগ পাক হোংদোবসি —।

লু— ঐগস্নু কুইনা নুংশিনরুকদৌরি ইবুংঙো। করিস্নু লৈতে, য়ু থকপ চুরুট চা থকপ তোক্লগে হায়রগ তোকপ ঙমপোংবি।

কু— ( মুম্ন থল্লগ ) অদু মগুায়য়ে ননাই ঐ লাইবক য়েংজরগে।

( থুরুম্মি মথুং লোয়ন্নুন )

লু— অদুদি ইবানী নুহোংনব পাকুদ হঙ্গংলুসি লাও চংলসি।

( থর চংখিন্নরগা )

থর মতৌ মায়, মমাক ইবুংঙোনি হায়ব পক্লব চংলুনে।

( থর শেমন্নুন মখোঙ লাওন থাংন্নুন চংখি। )

কু— মজাইবেম্মা ! ননাই সাম্বিত্রীছবু কদোংদ থাজবিপ্রদগে ?

লু— সাবিত্রী নিংশিংউরগু, মহাক্কি সেনাপতিদা থাজগ্রনি, ইবানী ওম্নবনি নিংথৌগি স্নায়াথংন।

কু— সাবিত্রী ইবেম্মা, নংস্মু নংন থোকপ, ঐস্মু ঐন থোকপ— লাইন তম হায়বত্নুনি। (মথুং ফন্দুন চংখিম্নখি)

---

# ১০ব উপ

আজমেরী য়েং, ব্রৌচিজ উপ, চৈ মচা শামুময়াগি অম পায় নিংথৌ মহেন্দ্র থোরকই, বেঙ্গল থোংবগি মথোলগ জোম্ন-ননা। শেখর কেপ্তেন, পুলিশ ইন্সপেক্টর ওইন ফাইল অম পায় শ্রীযুৎকি থোগল তোরকই। এদভোকেটকি পোষাক ফজন শেৎলগ লাইরিক অচৌব অমস্মুং ফাইল য়েপত্নুন কারকই।

বিচারপতি ওইরিব নিংথৌন এজলাস্ত চংলগ চৌকিদ ফমখ্রে। মমাংদ ফাইলদগি চে কয়া উহল্লি, সহি তৌথি। দময়ন্তী, অমুথোয় অমস্মুং চাউতোম্না মতীক মতীক চাব ফিজেং শেৎত্নুন কারকই। অমুথোয়ন মমৈ উকিলবু থুং হৎতুন শেল উৎতুন কৌথোকই। মমৈন মডক হাই য়াদে। দময়ন্তীনা মমিং থৎতুন কৌথোকই লোম্ন না থজিক্কং ডাংনৈ।

ইন্স— কেশ হৌরনি মী শুনা কাবরুরাও ? মুপী চেনবগি কেশ অত্নুনে। হৈম্নাম চাউতোন, হৈম্নাম নিঙোল সাবিত্রী,

লৈশাংথেম্ন কুমার, ময়াংলম্বম অমুথোয়, চংলকলো কেশ ভোদোরে।

কুমার—লাকচরে ননাই ঐথোয়।

( কুমার স্যুট টাই, থোঙউপ্পচিংব সহরগি পোষাক কেব হৈফাত্তুন লুপাগ লাকমিন্নৈ। সাবিত্রীন সারী শেৎলগ আনোক উপতুন, খুনীংরাংবী তোংতুন লাকই, সেনাপতিগী মতুংদ ইল্লতুন। পুম্নমক নিংথৌদ মখুৎ লোম্নতুন খুরুম্মি।

ইনসপে—চাউতোন, অমুথোয়, কুমার, সারিত্রী মন্নীমক কারক্লেকো ?

ময়াম— কাজরক্লে শুরে।

ইন্স - নখোয়গি রাথোকসি ভসিদি শ্রীযুং ইবুংঙোন বিচার তৌবিনি চায়রি। স্না বুদ্ধি মুন্না তৌবিরগ হায়দোরকপ রায়তু মী খুদিংমক্ত ইনব তায়, স্ন'-য়াথং থৌশাদব মীদি অভাং ওনব তায়, মতু হায় খভউ। ওইদব রা মীনমতুন ভাংলব অম লৈবাক্তগি তাম্বে'ক্লে হায়ব খভউ।

ই — চাউতোন অমুথোয় ! নখোয়নাগি রাকৎতু, হঙ্গংপ য়ারনে।

চাউ— ইনাও হেক্কা হঙ্গংলো। ( অমথোয়দ )

অমু— শ্রীযুং ইবুংঙো, মিনিকোইগি ইনিংথৌ। ননাচ ঐনা হৈশ্নাম নিংঙোল সাবিত্রী হায়বী ইবেম্মা অসিবু পামজরুতুন মাবু য়োকপিব মবুং তাদ চাউতোন হায়বসিদা লুপা ওয়ন চামভা, লোনৌ ওয়ন পরী মরী, তুরেন্স ময়াগি পাৎ চাব য়ানব পাট্টা পীজ্জ। মবুংন স্নুমিং হুমনি লৈরপ চেঞ্জরো হায়ন য়াথং থাবিরে। মরক অসিদ পৈশাংথেম

কুমারন স্নুপীমচা সাবিত্রীবু চিংহুন চেনখ্রে, মন্ত্রনা খঙদে, মপাঙ্গলনা খঙদে। মাবু য়োকপিব মমা মপা মদুং মখুড়া তাক্কন লোন্না অস্থুম্ন চেনবসি মী হূংানবনি, মমা মপাবু ইকায়ব পীবনি। মহুগি মতীক চাব দণ্ডি পীবিয়ু। অদুগ মাংন্নুরব, হূরানবগি মখুংতগি ফংলব—অঙ।

চাউ— স্নুপীমচা সাবিত্রী হায়রীসিবু মবুং ঐন য়াজব মমল পীরব ননাই অমুখোয়দ পীবিয়ু। ঐন য়োকচব ইচলনি. ঐন হায়ব ইন্দন, ঐবু খঙহন্দন চেনখিবসি থাজব হাংপনি। মচা মপা মচন মবুংন অস্থুম্ন থাজব হাংনরবদি লৈবাক অসি খংন-চৈনহুনদ লৈরনি. ইংন পানব চাউখংনব থবক শূব য়ানররোই। ধর্ম্ম বিচার তৌবিয়ু। ননাই ঐ ইকায়বন শিনিংলে।

মহে— পুলিশ ইন্সপেক্টর, লৈবাক আইন অমদি চংনবী মতুং ইন্না কয়া য়াম্ন লাম্লে. করি করি দণ্ডি পীব য়াই?

ইন্স— কুমার লৈশাংথেম্বা। নহাক হৈশ্নাম সাবিত্রীবু মন্ত্রনা শুন-হৎলগ চেনব্র। নত্রগ নপাঙ্গল কনবগি চিংহুন পুব্রা?

কুমার—মশাগ ইশাগ শুংশিনহুনা য়ানহুন তপ্ন তপ্ন ময়ুমদে থোক-মিন্নরকপনি, চিংব নচ্চদে, লাইন্না মন্ত্রন ফাবমু নত্তে। থাজ-বিব্রগ মশাদ হংবিয়ু।

ইন্স— হৈশ্নাম নিংঙোল সাবিত্রী। কুমারন হায়রিব ন্নাস অচুমব্রা?

সাবি—ইশান য়ান জ্ঞান ভান শুংশি মশুংপাংগিদমক লোন্ন চৎচব

চেঞ্জবমক্লি। ময়মদি ইবুংনদি লাইরব নিপাসিবু পামদে, ইনাক থুনব, শেঞ্জা থুমজাগি কাংলোন থঙব তাদ অমু-থোয়দা লৈয়ু হায়। ঐন পামজবদ লৈগে হায়ত্থুন চেঞ্জ-কুবনি।

ইন্সাংপে—কুমার অমদি সাবিত্রী! নখোয়নী অঙাং নত্রে, মুংশিনব হৈরে হায়ব নশান য়ারব ঙাক্তনি। মীগি হিঙ্গোলদা শাংপ আতোম্বগুলাপ অম, পুংদোল অম হেকপদ ফাওব মপুদ তাক্লরগ মপুন য়াবিরগ হেক্লৈ লাইদ কৎনব ফাওবা। চহি ১৭। ১৮ নয়ুমদ য়ান চাক তিংন মফি-মরোল থোল্দুনা, অনা অয়েক লাঃকল্লবিত্থুন, মমা লৈত্রগ সঙ্গোম কোয়ন থিত্থুন পিক্লিভৈদগি অত্থুক য়ান য়োকচরকপা অঙাংবু মপু তাক্তন হুয়ানবসি কার ধর্ম্মনো কুমার? সনা লুপাদৈ হেন্ন লুবা অহিংব অচিংব মী হুয়ানবনা খ্বাইদৈ চাউবা হুয়ানবনি শ্রীযুৎ ইবুংঙো। চহি ১০ ফাত্তব কৈশুনশঙদ থম্বিব য়াই মী হুয়ানব কুমারবু।

অত্থুগ, মুংশিহৈবী সাবিত্রী! নমা নপা শক্তুনা নবুংন নংবু পিশক পিক্লিভৈদৈ য়োকপিবগি মনাবু মাবু ইকায়ব পীরম্বা, মান হায়ব ইন্দবা, ঙরাং নহালদ থঙনব পাখঙঅমগিদমক মতুং ইন্দুন লোম্ব চৎপদি শান তোগ-দব লীচৎনি। শাগি মমুংশিদগি হেন্ন নং কনামতবু মী অমগি মমুংশিত্থ মুংশিব ঙম্মোই। মত্থম্ব ম্নপীগি খ্বাইদৈ চাউব দগ্নিদি মিনিকোইসিদদি লৈবাক্তৈ তাম্থোকখিবনি।

( কুমার সাবিত্রী মক্ক পুকথন লৈ )

ইশাগিদমক ইরল্লাইগিদমক, লৈবাক্কি য়েংব, অহল লম্থন লাইগুরুবু উশিত্তব, মমা মপা মচে মবুংবু স্নুংশিব থওদব শাশিংবু লৈবাক্কি মঙ্গলগিদমক অরূপ্ব দগি পীনবিয়ু ইনিংথৌ।

মহে - সাবিত্রী অমত্তি কুমারবু কল্লবা উকীল য়াওরবদি ওাংব য়ারনি করিগিদমক মথোয়নীবু লৈবাক্কি য়্রায়েন্ন অরূপ্ব চৈরাক পীরোইদগে?

লমৈ ( উকিল ) - শ্রীযুৎ ইবুংঙো! অমদি তিনবিরিব প্রজাশিং, বিচার তাবিরিব পূন্নমক! স্নুংশিব হায়বসি নহা পূন্নমক্তা পকপ ফত্রব লাইথুং অমনি। সাবিত্রী কুমায় মথোয়নীদৈ লায়না নত্তে। অহলগা নহাগ মিংয়েং তিন্নদে। হূরানব কুমারন হূরাল্লুবা স্নুপীসি মশান য়াবনা অহলনা মতম থর শাউরবস্থু থর লৈরগ কাউবিখিনি খল্লি। সাবিত্রীনস্থু খল্লি ইবুং মীনি, শা নত্তে, মচনবু স্নুংশিরবদি মচন্না স্নুংশিব নিপাবু অত্থক হাক্ক শাউবিরোই থর লৈরগ চান্ননি সিদনি।

কুমারন সাবিত্রী হূবসি মাংহনগে হূব নত্তে, মবুংবু চোপহনগে হূব নত্তে, স্নুংশিবন পাম্মুবনা ওাওহুন হূবনি, মীন লৌথিদোরে কিত্থন। সাবিত্রীনস্থ মবুংবু স্নুংশিদহুন চেনব নত্তে, কুমার মাংদনব পুন্সিগি মরূপ অপাস্ব ফংনব অত্থগ মবুংগি সেবা নিংথিন ত্তৌব ওম্নব চেল্লুবনি। সাবিত্রী শা নত্তে মীনি, স্নুংশিব থওবীনি, মবুংম্ব ইকায়ব পীব

নত্তে, মুংশিবনা ঙাওখিব জ্ঞান মাংখিব হায়বত্নি। নহা অয়াম্বদ খোকপ ব্রাফম্লিনা শ্রীযুংন মখোয়গি মরাল্গি দগিত্তু য়ারিবমথৈ ককথবিনি নিংজৈ।

মহে— হন্দক্কি হুপী চেনবগি ব্রাথোকসিদ ঐ মুম্ন তারে নাকল অনীমক্কি ব্রা। লৈবাক্কি ফনব অমদি কাংবু অনীগিস্থু খোইন কায়দনবা কৈনৌ ব্রায়েল অম তৌগে। মত্থদ— নখোয় খুদিংমক্লা য়াগনি নীংহ। করি হায়বগে, য়ানিংদব য়াওগদ্রা?

ময়াম— স্না য়াথং লৈবাক তাব য়াদে। স্না-য়াথং তাকপিরো।

মহে— চাউতোনগি অমাংব শিংনব ওইনা হৈশ্নাম নিঙোল সাবিত্রী নং লৈশাংথেম অমুথোয়দা থা অমা লৈব তারে। কুমার নংগি অম্মাংব শিংনব ওইন কোম্নুংদ চাউরকপী ইচাগি লোয়নবী দময়ন্তীবু নং থা অম লোব তারে। থাত্থুগি মতুংদ পাম্ত্রগ ওয়্স্থোক্লব য়ানি, ঐঙোন্দা থুডহল্লো। সেনা-পতি অমদি অমত পোকপী, নখোয়নীন শিল্লাংত্থুন ঙসি লুংদাং জুরা অনীত্থু লুহোংবিরু অত্থুগ থা অমা গুত্রিব ফাওব কোম্নুংদ লৈগল্লু য়ুম অমমম পীরগ। ঙসিগি বিচার লোইরে।

লুপান কুমার অমস্নুং দময়ন্তীবু মথুং নাম নংমনা চিংত্থুনা পুখি; বুদ্ধিনা মতৌ অত্থুম্না সাবিত্রী অমদি অমু-থোয়বু পুখি। অমুথোয়ন হরাউখি, সাবিত্রী কুমারনা মথব্রাই লুংঙাংতনা চংখিব উই। দময়ন্তীন ঙক্লা নোক্লিংনা চংখি। (ময়াম হনখ্রে)

---

# ১১ব উৎপ

অহিং, য়াওংশঙগি থোঙান্দা,
বুদ্ধি অমদি লুপা ব্রারী শারি।

বুদ্ধি— ( থোঙলা কাক কাক থংলি ) ব্রা অমত হুংজগে ? মজা-ইবেম্মা তারিব্রাও ? করিনো লুহোংব লোইরহন মী পুন্র-মক হুন্নখ্রে, মজা ইবেম্মস্ন হনখ্রগুম তৌবনি, অদুবু য়োরক-লমখিবসিদি করিগিনো ? ঐন উহৌব্রবনরা ? দময়ন্তীগি য়াওংশংদ চংহুন ব্রারী শাহৌরব্রা ? মজাইবেম্মা। মজা ইবেম্মাও।

লুপা— মনীংদ থোরকগ ) কনানো ? করি ওইরহনো ? ঐবু কৌবিখিব্রা ?

বুদ্ধি— কৌজে মজাইবেম্মা, ঐনি।

লু— মখোয়গি লুহোংবহু ওসি ফন থেংবি, নোংয়াইবু য়োর-রিনি হুজিজি, করি থবকি ওইরবনো ?

বুদ্ধি— ওসি লুহোংবিব কাংবু অনীহু কনান থর হেন্না ফজে হায়নবগে ?

লুপা— লুপীদি সাবিত্রীন হেল্লি ফজবা। নিপাদি কুমারনা মশক ফজব হেজরবস্নু লুহোংবদি অমুথোয়ন হেল্লি হায়নৈ।

বুদ্ধি - কদায়দ হেল্লিবা ?

লুপা— সাবিত্রীন নৈ হুক্কে তৌব মভমদা অমুথোয়না উরোকতৌন

মঙক থিঙ্গৎপন্থু, ময়াম্মা অহুনিদনা হায়ত্থনা জা লাওনা নোকশনে। নোংয়াই য়োরর্বিং মচুপী হুংব লাকপিরিব্রা?

বৃদ্ধি— মীগি লুহোংবগি কুম্মৈসু উরুরে, ঐখোয়গি লুহোংবগি ধারীসু থর শাসি হায়ত্থন তৌবনি।

লু— ঐখোয়দি লুহোংথিব কুইরে, কাউব য়াম্রে।

বু— কুমারগ সাবিত্রীগত্থু ফন সুংশিনরবনি, মখোয়নী নত্রবদি অতৈ অমদ ময়ুম পাল্লিংদরে হায়ত্থন লাকপনি, অদুবু ঐন মতৌ য়েংগে হায়ত্থন সাবিত্রীত্থু লরুববু, মহাক্কা কুমারবু সুংশিরুবত্থু অতৈ হেন্ন ফব লৈতবগি ব্রা ওইরম্মি। অমু-খোয়গ মাগ লুহোংবিরগ থা অমা লৈমিন্নদোরিবসি করম খোক্লদোবনো থওদে, পংথং থৎনরব্রা করিনো। কুমারত্থু ব্রারী শাত্থুনা য়েংবদ করম তৌই? সবিত্রী নত্তবা সুপী অতৈ অমত পামজদে হায়ব্রাও?

লু— কদায়দেনো তাইবংমীনবু, ঐন মতৌ য়েংগে হায়ত্থনা মঙোন্দা ঐবু লৌয়ো হায়।

বু— মান করি থুম্মি?

লু— মতীক চাদবনিনা ঐবু কিজ্জে হায়। ঐন কিরুসু ঐসু মীনি, ঐদি ফনা নংবু সুংশি, নং ঐবু সুংশিব্রা হায়ন হুংববু কিবগি ব্রানি করিগি সুংশিদদগে হায়ম থুম্মি। থওদে মাগ দময়ন্তীগ থা অম লৈমিন্নদোরিবসি করি খোক্লগবা? ঐনদি দময়ন্তীত্থু সেবা নীংথিন তৌ, মবুক পেৎহল্লগা য়ারবদি মঙোন্দ চানন লৈনব তৌ হায়র্থি। ভরগব্রা— ভম্মোইব্রা থওদে।

বৃদ্ধি— ফরে মখোয়গি ব্রাহ্ম হয়েং থা অমগি মতুংদ খঙনররনি। ঐখোয়গিনা কমদোসি হায়বা ? ঐবু করিমতা মুংশিবি-দ্রবজাংলা, অমত্তবু অমুক্ত লাক্তি বাও ? মহাক নত্তবা ঐবুদি করিমত মুংশিবিররোইদ্রা ? সাবিত্রী কুমারখোয়দি মবুক মওঙ্গিদো ?

লুপা— ঐদি মখোয়গুম্ব মী নত্তে, নিংথৌগি মজাইবেম্মনি। ঐবু লৌব শাবগি ফংভম থোকপ ফম্ম্ লৌজা, ওইজ্ঞ ওইথক অতৈ লোইনা ফংবিব য়ানি। অত্তগ ঐবুদি আশা ভৌ-বিরুম্মু, য়ানখিব মতুংইন্না থবক চথ্নরি।

বু— নিংথৌগি মজাইবেম্মা ওইরবস্থু মিনিকোইদ লৈবিব মী অমনিন নিংথৌগি স্না-য়াথং হিক্তোকপা য়াদে। ঐ পঙ-তোন তোনব মীশক নত্তে। লাম্মী পুম্ব ঐগি ইখুত্তা লৈ, শ্রীযুৎ মহেন্দ্রসিংহ অহল ওইরবনি। ফিভম অসিদ ঐবু ইকাইহনবিম্মু মজাইবেম্মা, মহোশা হায়নখিবহু কাউনরসি, ঐবু ওসিদৈ চানবিয়ু লুহোংলুরব বরহুনিকো হায়হুন লৌ-থংপিয়ু।

লু— ঐঙোন্দজ্জা কিহনগম্ব সেনাপতি, নিংথৌ স্না-য়াথংনা ঐবু লৈবাক্তে তাম্বস্থোক্লখস্থু ঐ হরাউন য়ানি, ঐগিহু থাইন-রগ নঙোন্দ লৈদো শরুক। নংন পাবুংগী মথক্ত লাল হৌরগ নমাই পাক্তনা মিনিকোইগি সিংহাসন্দা ফম্ব ওথ্বব য়াই, অদুবু ঐবুদি নংন লৌব ফংলোই। লান্দ ঐ শিগনি।

বু— মজাইবেম্মা, থর চেকশিন্ন রা ভাংবিয়ু, অভাং নত্রে।

মজাইবেম্মনা অরোনব মরুণ্থী অম থণ্ম্বি হায়বসি শ্রীযুৎকি স্না নাকো.দ ভারবদি মজাইবেম্মা কয়া লুংভাইবিরোই।

লু— মতুম ঐবু কিছনব কান্নরোই, মতুম তৌরগ ঐবু লৌবা ফংলোই।

বু— মজাইবেম্মগি নিপাচু পুথোকপিরকউ, ঐগ লাখা তৌনজগে থাং তা নত্রগ অপাম্ব খুংলাই অমমম পায়নতুনা, মান ভম্মে ঐবু হাৎসনু, ঐন ভম্মগ মজাইবেম্মবু চাননা লৌজগে তাৎ নত্তনা।

লু— কান্নরোই সেনাপতি অমতু নঙোন্দগি হেনব নিপানি হিরম খুদিংদ, অতুগ ঐসি নথোয়নীন চায়নবগি মনা ওইন পীগদব খুদোনপোৎ নত্তে।

বু— চীম্না প'ভাং ভাংনবদি কান্নদে, থবক ওইন নিপাচু ঐভোন্দগি হেল্লি হায়ব উৎহনবিয়ু। অশেংব মতীক লৈব থোক্লবদি।

লু— ফৈ, ঐ মতু মঙোন্দ অমুক্ত হায়খিগে নোংম পাউচু খঙহনগে। মরকসিদ নহাক পাবুংদ করিমত তাকউব য়াাদ্র।

বু— কয়া কুংন ভাইজথো হায়বা ?

লু— ভসিদৈ ৭ নীদং ভাইখো। ( অমন চংখি, অমন চংখি )

# ১২ৰ উৎপ

কোন্নুংগি ফজ্রন লৈতেংলব য়াওংশংদা অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলব কুমার ইঙক ঙক্লা লৈ। শাল ইল্লি, ফৈজ্রোম অম শেংগি। মেজা ফুৰিং লিংলি, ফক অমদ কম্মগা চুরুট অমা খুৰক্ত য়েপ্তুন থংই। মনাক্ত টেবিল অমা থারি নাম্ন, মথক্তা টেলিফোন লৈ, কোলিং-বেল থম্মি, পাউদর, থাউ লিক্রিনচিংব মাই শঙনব মচাক থম্মি। চৌকিদ ফুরিং খোঙ্গ্‌য়াও, খুদৈ অরাংবনচিংব থম্ম য়াল্লি।

কুমার— ( খংছো হোৌগৎলগ ) খঙদ্রে, ইবেম্মা সাবিত্রী নংবু করম্না পাল্লিদগে? ঐদি মুংঙাইন লৈরেদা মগু নত্রবদি, নংস্থু ঐদোন মুংঙাইন লৈরম্মবদি ফনিদা, য়া শম্মজিনব য়াইদো অতু ওট্টরবদি। নংস্থু ননিং থুংন কোন্নুংদা লৈজরবা, ঐস্ম স্নিদ থবক শূদনা অহাওবদ চাতুন লৈম্বা। লৈখোম লৈনাং ভিংথং, কাকফৈ ত্তীনফা মম্বক্ত লৌ উবগি থবক্তু সত্য ওস্তোক্ত তনম্রব থবক্লিদা। অহাওবদ চা, ফজবদ শেং, মুংঙাইনবদ খিতুন পানব য়ুম্বানসি ঐবু করম্নো ইকাইম্রেদা।

তুম চুমদে, লৈকোন্দ থারিব অয়েম্বা কান্নদব লৈ ময়ামসি ফুক্তোকপিরপ য়েঙ্গাং-নাপী, মোরোক হৈরোক মরোইতুম খিৎতং থাবিরমগে। অহাউবদ চা থবক্তি করিমতা শূদনা ঐন য়াওং ইল্লমইবসি ৫ নীদি ঙুরেকো।

( হৌগংলগা মফি থম্মি, খুদৈ হোংদোকে ভৌই )

মখোয়গি কোন্নুংসিবু য়োং থাও অমত্ত লৈব উদেদা।

দময়ন্তী—( চা কপ প্লেট পুরক্লগ টেবিলদ থম্মে ) করনো ভৌবদৌরিবম্বো, ফি তাথং খুদৈ হোংদোক্লগ কৈদৌবিদৌরিবনো ?

কুমার—য়োংপাক থাংজো লোইদ্রাও ?

দম— কৈদৌনবা ওইরবনো ?

কু— অরেম্বদ শাংলৈব লৈকোনগি লৈ ময়ামসি ফুক্কংলগা মোরোক হৈরোক. হঙ্গাম হল্লাই মতোন থাবিগে ভৌবনে।

দম— কৈকান্দগে খৈদেন্দগি পিক থল্ল ফংডে। লৈশিংত্থু অত্থুম শাংচম্ম!

কু— অহাওবদ চারগ ভুমত্থুন হিগতুনা ফমত্থনা খবক মমা অমত শূদন হকচাংসি ল্লারে পোথামনবদৈ। ওসি ৫লৌ শুরে, তন্দুন লৈরকইবা। শম্পোং লাজোল লৈরবদি অরেম্বদ নাপী য়োকইব কাংজৈবুংসি খোইদোকপিগে, হল্লাই চেংল্লাই লংশিনসে।

দম— কদায়দৈনো, কাংজৈ শান্নব, খোঙ্গাওবী শান্নব - থোওইন থম্মিবা কাংজৈবুংনি। থবক শূখিরুনো, চাত্থুম ফানবিরো।

কু— থুম্পেং লাকপেংতুরাও ?

দম— ম্রানে, কিত্থু তাথংপিত্থু চোন্ন শেংপিম্ম। মীব নি ডাল মল্লা য়েংব লাক্লগ নোক্লখিনি। কেন নান্ন ফি জোন জোন শেং ইন্দুনা লৈবিয়ো।

কু— (চৌকিদ ফম্মগ চাত্নু অমুক্ত কুৎ লোইনা থকচিল্লগ) হ্নাওথ্রব থুমথ্রবদ চাত্নন লৈরকইবসি ঙসি ৫নী শুরমানেদো। ঐবু অম্মুম্ম কয়া কুইন লৈব কংখিদগে নিংথৌপি স্না-য়াথংদৈ ?

দম— অম্মুম্মা লৈব পাম্বিরবদি পুন্সি চুপ্প লৈম্বিব য়ানিয়ে।

কু— কনান থাকপিদৌরিবা ?

দম— কোম্মুং লৈরিবসিদি, ঐগি লৌ হিঙ্গোল্স, শেন্স সনা লুপা শিব ফাওব চাব হেম্দোক্ত ওক্লব লৈয়ে অঙাং ৫। ৬ শুর-বম্নু। স্না-য়াথংন লুমিৎ ও০নি লৈয়ু হায়রি, ঙসিদৈ ২৫ ৱাংলি। ২২নীসি হৌশ্রুপ কোম্মুংদ লৈনীংত্রে হায়বিব জাংলাও ?

কু— কদায়দৈ শুক লুংঙাইন লৈরবদ নুংঙায়ক্তে লৈনীংত্রে হায়ব হৌনদে, অপঙব অঙাওবম্নু নত্তুন। সিদ লৈবগি ঐন থিক্তুং য়াব হায়ববু থবক অমক্ত শূভম লৈক্তবসিনে।

দম— থবক শূনীংঙাই লৈবগি ইশৈ ভানি, জগোই য়েংনি, য়ারেম ঙাংনি, য়ারী লাইয়িক ভানি; কাংজৈ থোঙ্গাওবী অথোম্বম্নু শান্নব য়াইয়ে।

কু-- ফাগীরা অওইত্রা ইবেম্মা ? ঐবু সিদ পুন্সি চুপ্প অম্মুমনা নুংঙাইন লৈব য়াগত্রাও ?

দম— সাবিত্রীবু পাম্বিদত্নন ঐবু লৌবিরগে চানন হায়ববদি য়ানিয়ে।

কু— থঙ্গদেনে, সাবিত্রীহুবু ঐদোন নুংঙাইনা লৈজরমগত্রা ?
(টেলিফোন ছরিক ক্রিং ক্রেং খিংই)

করিনো মথন্দ খিংলকইবসিদে? তন্নরিব জাংলা অম্নুক ওস্তাসিদা!

দম— (পায়থংলগ) হেল্লো! গুদ-মোর্নীং, ঐ দময়ন্তীনে। ম্নাম মুংঙাইনা লৈজরিয়ে। উম—ওরাংদি য়েঞ্ছাং জুগোং চাব ফংদ্রবতুন পুথ্রিদৈ অয়োকপ রো ফায়গ চারে। হা—কনাবো? চাকপুদি ঐখোয়গি অকনব সদি চেং কিল্লো-গ্রাম অমন থোংবতু মথন্দ চাবদ ওকফাংজয়ে। উম, সাবিত্রীবু কপুনা ওাক্ত লৈব্রা নোকখেবা হৈব্রাও? অং অং—।— ফৈনে অত্তুবু ওইরবদি।

কু— কম্নি হায়ম্নিবনো? কনানো? সাবিত্রীবু কমদোরি হায়বা?

দম— সাবিত্রীত্তু হরাউবনা নোক খেত্তুন ইশৈ শক্লুনা, জগোইদা শাত্তুন লৈ, কনাগিম্নু চিন্তা তৌবিদে হায়য়ে।

কু— হোয়দা হোয়দা, মানবু মুংঙা না লৈজরবদি ফৈনে।

দম— অদোম্না মাগি খনবিদোব মডায় মহাক্তি কোম্নুংদ লৈবসি ইম্বোক্ল হৈনরে হায়রিয়ে।

কু— হেরা মাগুম্ন মুণীমচানদি ঐব কাউব ওম্মগ ঐনদি মাবু করিপি কাউব ওমদদগে? ঐদি মাবু মুকপাম পাম্বিদ্রে, মহাক থাক্লব ঐন থবকশুব ভাবনি অতাং থাসিদ ব্রাখ্রদো-পোংনি।

দম— করিগিনো অত্তুক মুংশিনরম্মগ অম্নুক থুন কাউনদোম্নিববো?

কু— শেংন চানব ময়াং কায়ন লৈতবশিংন মুংশিনবগি তাংতু যাপোং নত্তে। চানিংঙাই শেংনিংঙাই লৈরকত্রগ মতৈ মনাও চাম্নথ্রবত্তু খংনরকপ ওাক্তনি। লাইবু লাইরবদি

মচা মশুনফাওব মমা মপা মবেন মপুবু শাউই. লোন্না চৈনৈ;।
মী ওইন পোক্লগ লাইরবমুক ফত্তবসি লৈরমদ্রে!

দম— মত্থদি অচুম্বনি।—
অয়ুক্কি রেডিও লাক্লনি, তারুরসি লেংঙকও, পাউদরকা থাখিদ্রাও; খোংগ্রাওকা শেংচিল্লো কেরো— অচৌ অশাং মাল্লবা।

কু— হৈবু হৈতেনে। নখোয়গি উপূ মনুংদৈ হৈশে শক্লকপীসিবু মুংশা করম্ন হোল্লিদগে?

( দময়ন্তীন পাউদরকা ইন্নাও ল্লাওনা থাবিরে, শেং-পিরে শেম্বিরে অত্থগ পূখ্রে।

দম— উপূ মনুংদ মী লৈপোং নত্তেয়ে, খোঞ্জেন্দ লাকপনে।
কু— খোঞ্জেনসি উপূদ ত্থংখংত্থন থম্ব'য়াবোইরে।

---

# ১৩ব উংপ

অমুথোয় সাহেব অমস্থং সাবিত্রী মেম শান কেরী লৈকোন্দ হৰা চানি, মখুং শম্নত্থন হঙ্গং হন্দা চংত্থন মী অমত উদন কনাবুম্থ থোশাদন। মুমিং তাবদ ডায়রি, উচেক রায়া শা-সন মকোন মকোন্দা চংনখ্রে।

অমু— য়েংউ থরাইগি মঃবম্মা, মুমিংন ত্থাখিবদ তাইবংপানসি অমম্বন মথা লাওন কাত্থন উমগ্দবগি তৌরে। নোংচুপ থংব অতিয়াদ থা মচেং অমগ মুমিদাংবাই থোন্নান মিচাক অমগন তাইবংপানবু ডালহন্দোবগি ম্নান লাক্লরিবসি—

স্নুংশিত্রা য়েংউ। হাংলব অতিয়াদ থা মচেৎ অমদি থব্লান, চৌক্লব তাইবং লৈকোন্‌সিদন সাবিত্রী অমুখোয় হবানী।

সাবি— অতিয়াগি থব্লানগা থা মচেংকদি মখো অম পুরি, অঙম্ব মত্তীক থরদুন তাইবংপানবু ভালহনবা। তাইবংপানগি লৈকোনসিদ ইবানীদি করি কান্নরিবা?

অনু— অব্রা অনা লৈত লাইরনা মন্নব তাইবংপানসিদ পিক্লব তন্দন অনীগুম ইবানীন কুপফেং কাফেৎ ভাল্লিবনি স্নুংভাইবা মরীক থরদী লৈরী হায়ব খুদম উংপ ওহৈনা।

(শকমিল্লব পুন্না নত্রগা অমন পরেং অহুম শক্লগা অমচুন অহুম অম। মমৈদ পুম্ন শকপা নত্রগ অমনা হল্লগা অমনা খুম্ব।)

ইশৈ ঃ—

অব্রাবনা পারবা তাইবং ঈপাকনি,
কনান হায়বগে ইচিন্নাওশা?
থাজবিরুন্নু ওইদবনি, ওইদবান।
নীওব কায়রব মীৎলু লাইজনা
থুম্মব ঈপাক্লি তাইবংপান,
কনান তাকপগে ইচন কচেখোয়?
বসন্ত লৈরাংগি খোয়হী লিক্লান
থুমহনব ওগ্ননি তাইবং পিরাং।
নোম্মদ কল্লু হয়িংখোয় উমাখোয়
বসন্ত লৈকোন্নি তাইবংপানবসে।

সাবি— সে থুৎ অমুক্ত থাদোকউ। ঐ য়ুম স্নুংশিরক্লে, কুইরেদা

ঐন য়ুমদৈ থোরকপদো হুমনি অম চেল্লুবা,৫নী অম কোম্লুংদ লৈবা।

অমু— নয়ুম নিংশিংলকইবহু করিগিনো? কোম্লুংদ লৈবসিবু হুংডাইত্রবাও?

সাবি— হুংবদি হুংডাই হুংয়ববু ঐথোয় হিঙ্গোলদো শিংজু ময়ানকা য়াম্ন হৌয়ে, নথোয়সিদদ অচাপোংতি ইথা থাগে হায়ব্দে করি কান্নত্রব লৈ পাম্বী, মনা, মপান্দ ফজব মহৈ য়ান্দব উহৈ ব্রাহৈদা পংথা থায়।

অমু— শিংজু চানিংলগ শিংজু লৈবিরুগে। বোড়াস্থ য়াওরকউরাও? অদুগ অথুম অহাও রসগুল্লাগুম্বদি চানিংদ্রাও?

সাবি— করি কান্নগবনো লৈরুম্দা। ওহাক ওহাক্কি চানিংব থক নিংবসিদি কাউজখিনি ওহাক লৈরগ। কাউব য়াদনা খোরাংইবদি সনাগি লিক্লোলনি।

অমু— করথা লিক্লো হায়য়ো, স্না মুহোর কয়াগিনো? ফিরোলস্থ অপাম্বদ হায়য়ো কোম্লুংগি চুমশো ঐন পায়রিবনে। নংন নংন অপাম্বদা হায়য়ু হূরাল্ল থোনব হুম্ব নিপানে।

সাবি— চাননস্থ লোরোইদব হুপীদা মযল য়াম্ব ফিরোল সনাগি লিকপরেং থোনব পাম্মুদ্রাও নরলস্ন নত্তবা মীগি ব্রাথোক্লব য়াব নিংথৌ মরল হূরাল্লগা?

অমু— করিগি পাম্মুক্লদগে? কোম্লুং থল্লিবা ইফম অচৌব ব্রাইরিবসি শেল চাব শেল হূবা কান্নত্রবদি কম্রি কান্নদগে? ডাইথো, ইবেম্মা নংবু ৫নী গুরেকো, ঐবু থজিক্ক নাওব হুংশিরকত্রিবাও?

সাবি— নহাক্না সেবা নিংথিন তৌবিব, ঐন চানিংব থক্লিংব অপাম্ব হেক হায়বগ পীনব লাক্লরিবতু উবদা খিজিক খিজিক্তি ঐ নহাকপু মুংশিরমানে খল্লি। অদুদ ঐন চিংনব অমা লৈরে, নখোয় সহরদ লৈবশিংসে নতাংপু য়াম্ন হৈ হায়নৈ, নহাক্কি নবুকচেলদুবু চপ য়ুংলব্রাও?

অমু— ঐগি পুকচেলবো য়ুংলব্রা হায়বা? ইপা ইপু পুরোন ৭ লোরোক তাসনু ঐন নংবু মুংশিরিবসি ইবেম্মা করিদ প্রমাণ তৌনি হোদোংন সঙ্গোম পাম্বগুম্বনে, থাজোও।

সাবি— ঐন হায়রবদি মদু নত্তেয়ে; হোদোংনা সঙ্গোম পাম্বদি মহৌশানে, পাখঙ শরী, মথোং কয়া হুক্তবনা লৈশাবী মচা শিভেল লৈরাংগুম্বীবু পাম্বসু মহৌশানে— করিন্নু ওক্লিংডাই লৈতেয়ে।

অমু— অদুদি অদোম্না তাকপিরিববু করিনো?

সবি— মুপীন হায়রিবমখৈ ইনব, মান অপাম্ব অনীংব পুম্ব থুংহন্নব হোৎনগে হায়ন হুজিক নৌরিডৈদা খল্লিব ব্রাখলদুবু কয়া কুইনা খন্দোরিবনো?

অমু— নগুং লাংগি ইথব্রাইসি চি থুংদুন শিদ্রিফাওব নংনবু ঐভোন্দ চাননা লৈবিগে হায়রবদি ইপুন্সিসে নভোন্দ কৎলবনে।

সাবি— চীনদি কাম্লদে, থবক্তা মুক্তিগি য়েংব হায়বদুনি।

অমু— কুমার পাম্মরোইব্রাও?

সাবি— অদুক পঙব, অদুক কাম্লব নঙাকপু ফংলবদ মুপী ঐন অতৈ পুক্লিংদ ব্রাই চিন্নব করিগি য়োকউখিদগে? অদুগা ইবুংঙো

নং ঐখোয় তাতোনগি ময়ুম মকৈ পান্নব ফিভম চানবা খর য়েংব তায়দে।।

অমু— নখোয় ইবাইগীবুরাও ? করিমতা মুংশা থীম্, কোন্নুংদৈ
হূরাল্লকপমখৈ নখোয় ইবাইগ ইবানীগ তখ্খায় য়েন্নদোবনি।
অশেংবদ হায়বনি, মীন নোক্লব ইকাইবিদে।

সাবি— ইবুংডো নং নহা ওইরিংডদগি ঐবু থিরক্লব করিগিনো ?
কুমারগ খওনরমদ্রিঙৈদ নংগ হায় খওনজরম্মবদি ঐগি মিংচৎ
কয়া ফজরমগবা। (কেনা)

অমু— হুজিকস্ম ঐগোন্দা নবুকচেলদা লেপ্লো নমিংচৎ শন্দোক্লবদি
ঐ মী খোমগে, ইরল তিংদোব লৈতে, চীন কল্লগ লোইরে।
(চৎমিন্নখি ব্রারী শাহনা)

---

# ১৪ব উৎপ

কোর্টতা নিংথৌন জজগি তাংবন্দা ফম্মে। মনাক্তা পুলিস ইন্সপেক্টরনা ফাইল য়েংহন্দুনা থোগল তোরে। বুদ্ধি সেনাপতি কারক্লে।

বুদ্ধি— ইন্সপেক্টর, নহাক ঐগি আফিসতা অমুক্ত চৎলু, ঐহাক
চে অম কাউরম্মে। ঐগি মেজ মথক্তা লাইরিক অমন
নন্দুন লৈহৌবনি। (ইন্সপেক্টর চংখি)

নিংথৌ - সেনাপতি নংন ঐখোয়গি মুপীমচা মুপাম্নাগি মরমদা হায়-
রিব ব্রাহুবু অওইব্রনহায় ?

বুদ্ধি— থাজবয়াব মক্কমদৈ ভাজৈ। শ্রীযুৎন নোংম অহিংদা মজ্ঞা ইবেম্মগি য়াওংশংদ থংলেং লেংশিল্লগা থেংনবিব য়াই। ঐন হায়জবগিদমক থাজংয়ু হায়জ্রদে।

নিংথৌ—কৈ, ঐ নোংমা তাপ্তাবদা য়েংগে।

বুদ্ধি— নহান লুহোংখ্রব কাংবু অনীতু ঙসিদি থা ফাররিনি।

নিং — ঙসি মখোয়গি জবান লোব হুমিংনি।

বু— ঙসিদি ননাই ঐ ভোর্ব্বান্দ থবক অম পৈজরে, চানবিহুন।

নিং— ফরে, নং চৎপ য়ারনি।

( বুদ্ধি চৎখিবদা ইন্সপেক্টরনা চে অম পীথি,—

অমুথোয়, কুমার কেনা শেং-চারহুন লাকই সাহেব শাহুনা। লুপান দময়ন্তী অমসুং সাবিত্রী লোয়নহুনা লাকই সান্নী শেৎতুন কেরবীশিং। )

ইন্স— শ্রীযুৎ ইবুংঙো ননাইশিং নহাল লুহোংখিবশিংহু থা ফারহুনা লোইন কাজরক্লে।

নিং— কুমার, দময়ন্তী। নখোয়নী চান্নন লৌন লৈনবা তারব্রা? থায়দোক্লবা পামব্রা?

কুমার—ননাই ঐগিদি অসুম ইরাইবক য়েংজ্জরগে, থায়নজনিংদ্রে দময়ন্তীগ।

দম— ননাই ঐসু ইরাইবক্ক ভম্মুথ হায়বংনি, লাইবকশা তিন্নজ্জরে।

নিং— সাবিত্রী, অমুথোয়, নখোয়নীদি?

সাবি —আজ্ঞা, মীন ঙঙ্গবদি ইথোয়সু ঙমজনি। শ্রীযুৎ স্না-য়াথং মতুংইন্না ফংজব ইবুংঙো খনিবু পুন্সি চুপ্পা মেবা ভৌজরনি।

অমু— শ্রীযুৎ স্না-য়াথংন ননাই ঐবু অনৌব পুন্সি অম পীবিরে। পুন্সি অসি ইনিংথৌ অমদি ইরৈবাকি সেবাদ কৎচরনি, ইবেম্মা সাবিত্রীন ঐগি ওইনা লেপ্লিরবদা ঐন কিগদব লৈজদ্রে তাইবংদা।

নিং— নং, চুমশো পায়রগ—থর চেকশিন্ন শিজিন্নোকো।

অমু— ঐজ্ঞা, ননাই ঐ তৌজরোই।

লুপা— অহুদি পাবুং নৌন তাইবংপান্দ য়ুমনৌ লিংলকইবশিংবু চাককৌব ওইন অথুম অহাউ চা-নচিংব থর পীজপিথকচ-রুখিগে।

নিং— ঐস্নু য়াওগে চৎসে।

লুপা— য়াম্ন ফনি পাবুং। (ময়াম চৎমিন্নখি)

---

# ১৫ব উপ

মুংদাং পুং ৯লোম তাবদা মজা ইবেম্মগি নান্ন লৈ-তেংলব ভূম্তম কাদ ডারাই লাক্লগ লোন্ন য়েংবদ কনামতা লৈরমদহুনা ইমুংদা চংলগ চৌকিদ ফমখ্রে। লুপা কদায়দ চৎখ্রে অহিংসিদবু থনবদ মমই। কমুংদ ভহাক ছিপ্নি, ছৌ-গৎলগ থোঙ লোপ্লি, মিংশেলদ মশক য়েংই, মেজদা থনম্ব অথুম অহাও চায়। নিশ্চমদহুন ইমুংহুদ কোয়থি থি। তপ্না কৌই।

ডা— মজাইবেম্মা! লুপাম্না! ময়ুম পানখ্রবজাৎলা, মমান্নবা অতৈন লুহোংনব উবদগি।

লুপাস্না চাকশংদ চাক চারুরগ থংনব য়ুমদ য়ারী শারুবদাগ হল্লকই ময়ুমদা। ভারাইনা মাবু উরহুন লোৎলি মেজ মখাদা। থোড লোল্লম্ব থেংনবদা লুপান ভকই।

লুপা— কনানো? কনা লৈবগে থোঙ লোল্লিবহুবো? হায় মীরা ভম্বরাইরা নত্রগ হূরানব্রা? হায় কনানো? থোঙ হাং-দোকউ কয়া উশিংতনা ইমুংদ চংলগ থোঙ লোল্লিবনো? কনানো নহায়। হুম, মসি হূরানব ওইব তায়; চৌকি-দার, সিপাহী কৌরগ ফাহনব তায়। হায়. কনা কনা লৈ? সন্ত্রী।

ভা— ( থোড হাংলগ মমাই থিন্দোক্লুনা ) কদায়দ কৌরুরিবনো অহিংদা?

লু— হৈমা! ঐদি কনা কনা ওইরবোই নীংহুনা, হূরানব চংলবমানে হায়হুনা সন্ত্রীকা কৌরুরিয়ে।

ভা— ঐদি কোমুংদা নিপা অনী মুপী অনী লুহোংখ্রে তাবহুদা অমদি ইবেম্মা ওইরিনি থল্লুরে।

লু— কয়া কুইবিরবগে? ইমুংদ লেংশিনসে। থোঙ লোল্লগে থেংল পোৎনি। করি করি হানি।

ভা— করিমত চান্দ্রবস্থ য়াজরে, মজাইবেম্মা উজবসিনা ঐগি পুম-পেন পেনব ওইজরে। মাংবিথিদব ফখ্রে।

লুপা— অওইব্রনে?

ভা— কনা কনানো হন্দক লুহোংখি হায়ব মরাইবক ফব মুপী নিপাশিংহুবো?

লু— সুম তৌবনি; লৌরাইদৈ কুমার হায়ব অম অঙ্গগ সাবিত্রী

হায়বী অমগ চেন্নে, মখুংনা য়াঙনা। মখুংনা পীনিংলিবা নিপানা কোন্নুর্লগি চুমথো পান্নব অমুথোয় হায়ব অমদা! পাবুংদা য়াকৎলরে, অহল লম্মম য়াদন মচা মচন্না অপান্বা খন্দূন চেনব চুমদে। চেন্নিব অনীত্থগি উকীলনা নহা হায়বসিদি অপান্ব স্নুংশিব থংগ্ননিংব লাক্কি ময়াল থোইনা লৈতে হান্নরে। পাবুংনা স্না-য়াথং রায় পীরে, কোন্নুংগি দময়ন্তী হায়বী অমবু পাথও কুমারদা থা অম লৈরো. অতুগ সাবিত্রীবুনা লুহোংবিরগ অমুথোয়দ থা অম পীরে। পাবুংন তাকপিরে থা অমগি মতুংদা পান্নব্রবদি অমুক ওস্থোক্লব য়ানি। থাহু থোপ্রে, অদুগদি হোংদোক্লররোই অতুম্মক লৌন লৈনরনি হায়নরে। তাইবংমীন স্নুংশিনবসি কয়াদ নোক্লীংগ্রবা! ঐদি য়ংনিংদে।

ঙা— স্নুংশিনরবনি হায়তুন চেন্নুরব অনীত্থ কায়নখ্রে?

স্নু— হোয়, তোঙান তোঙান তাগ্রে, পাবুংন ফাগী তৌবদগি।

ঙা— স্না-য়াথংত্থ কিবদগি স্নুংশিবত্থ ওস্থোক্লবনি মজাইবেম্মস্নু ওন্নিদা নিংথৌনা পোকপী নংলমক্রবদি?

স্নু— ঐদি শিরবস্নু শিনি, কনানবু টকাইদ্রনে অমগ স্নুংশিনরম্বলা অমদ চানন লৈজরগে হায়বসিবো ঙম্বিগদ্রাও? ঙম্মোই ঐদি ইকাইজে।

ঙা— পান্নমদব নিপা স্নুপীসি ঐগিনি মাগিনি হায়জুন মতম্ খর থনবদগি অত্থম হৈনরকুনা হেক্তা স্নুংশিনরকইঙ্গ। অমুক্ত শক থওনখিজবা নিপা স্নুপীত্থ, অহল লম্মম হায়নবগ লুহোং-বিবদ থাম লৈরগ অত্থম স্নুংশিনখি মজাইবেম্মা। স্নুংশিব

হায়বসি স্নম হৈনখ্রগ করিস্নু লৈতে। থীরব নিপান ফজরব স্নপী লোব য়াওই, ফজরব নিপানা থীরব স্নপী ফাগিদে চান্নন লোথিব য়াওই। মপা মচা মচিন মনাও মচন মচে স্নংশি-নবন্থু শক্তি রাফম করিস্নু লৈতে। মী খুদিংনা ফজববুদি পায়ে, অত্থবু মরাইবক্র অথীব তন্নমচুনা অথীবন্থু লোয়গ নত্রগ অথীবদ লৈরগ স্নংশিবদি চপ চান অত্থম স্নংশিব ওম্মি তাইবং মীদি।

স্নু— অত্থ অদা খওদে, ঐদি স্নংশিব নিপাদ লৈজনি, মশক ফজব থন্নাইনা পাস্বদো অত্থদা স্নংশিজগে, মওোন্দ লৈজগে—অথীব পাম্নদবন্থুদা স্নংশিনব ঔন্নাইজরোই।

( স্নারী শারিডৈচুদা— নিংথৌ মহেন্দ্রনা পুলিশ ইন্স-পেক্টর—অনস্নং দারোগা মমৈ পুতুনা লোম্ন লাক্লগা স্নমন্থু সিপাহী থরগনা কোয়ন থৎলম্মি। নোংমৈ য়াওরকই পিস্তোল পায় ইন্সপেক্টরন,— অতৈন চৈতুপ, রাকোক। নিংথৌনা মম্নিৎ থৎপদ ইন্সপেক্টরন থোও থিল্লি। )

ইন্স— থোও হাংদোকপিয়ু মজাইবেম্মা।

স্নু— কনানো করিগিনো ঐ তুম্মে, থোও হাংদোকপা ভল্লি। ( ভারাইনা মেজ মথাদ লোংথ )

ইন্স— হুরানব অম ইবেম্মগি সজাইমচাসিদ চেনশিনখ্রে হায়নরে সন্ত্রাশিংনা; অমুক্ত থিজগে। মজাইবেম্ম কিবিত্রাও ?

স্নু— ঐসিদদি হুরানব চংদে। ঐ করিমত কিদে। হয়েং নোং ভান্নগ য়েংব হায়বন্থুনি। চৎলো ঐ তুমথরে।

( খ্রো খ্রো নাথোকশিন্নৈ )

মমৈ— মজাইবেম্ম, তাবিরিব্রা মজাইবেম্মা। হন্দকি ম্নাকমসি ম্না-ম্নোইদৌরি, থোঙসি অমুক্ত হাংদোকপিয়ু ঐ মমৈ:ন।

নু— করিনো তামৈ, নংন হায়রিবত্থবো, ঐ ম্নাম তুম্মিংঙে হৌ-গৎপ তত্রে। হুরানবনা ঐগি ইপোং হুধ্রবস্থ নখোয় নখোয়ন ম্নাংবিদৌব লৈডে, ঐন মাংজদোবনে। মপু ঐন পাম্মু জত্রে [redacted] ইপোং মাংলবস্থ নখোয়গি নখৌ করি লৈবগে ?

মমৈ— করিনো মজাইবেম্মা তাকপিরিবত্থবো, ইবেম্মগি পোং মাংব নত্তন লৈবাকি পোং, লৈবাকি ইজ্জৎ ম্নাঙনা মাংখিব ম্নাই হায়ত্থন মম্নাম চিংনয়ে, থোঙ হাংবিদব ম্নারোই শ্রীযুৎ ইবুংঙো নপাবুংস্থ লেংলত্থন শঙ্গ পোংনে।

নু— (থোঙ হাংলগ) কদায় পাবুংদে ?

মহে— ঐ ম্নাওরি লাংলেন, নংগি ইমুংদা মীরান হুরানচিস্থীব লৈ-ম্নমানে হায়না পাবুং চিংনৈ, দারোগাশিংবু থিহল্লু।

(জ্ঞান ম্যাংত্থন লুপান লেপ্পিডৈদ—ইন্সপেক্টরন অমদি মমৈনা ঙারাইবু কারণ মথুৎ নাম নাম পায়ত্থন পুখোয়ক্লগ নিংথৌদ পী। নিংথৌন মনাক চংলগ মমাইগি মাইথুম হাং-দোকপদ বুদ্ধি ওইরমত্থনা ময়ামত্থ ইঙক ঙক্লে, লুপাস্থ ঙকপন চংশিল্লুন য়েংই। বুদ্ধিনা নিংথৌদা থুরুম্মি।)

নিং— নখোয়গিসিদি কাপী ওইরে। শাওস্থ ঐখোয়দি থঙঙ্ দরে, লাকও হায় অঙাং মথৌ লৈভবশা। পাউ লাম্না পীবশিং য়ৈরুব তায়।

(নিংথৌ চংথিবদা অতৈ লোইন ইকাইবনা ইম্নথি)

